# FOREWARD

**Dr. M. Kirti Singh**
B.A. (Hons), M.A. LL.B., ph.D.
D. LITT.

**Leisemlol Shakok,** true to its title, is a Meitei sacred text, both in its theme and in its form Its date of composition ( as it stands at present ) is clear from the styles with such words as the Hayi Haya He, Anji ( symbol ), Kuru ( guru ), Sumeru, etc. It is the **Bhagavata** of the Meiteis which must be handsomely conceded in the Encyclopaedia of world scriptures. In my research three memorable sittings of our sacred lore were held in different poriods where our kings listened to the same from our **Gurus.** The first discourse was held at the residence of Mang-ang Guru and king elect Naothingkhong (7th century A.D. accoroing to Cheitharol ) was the listener. Seven mortal guru-pandits were the principal speakers in the second sitting held at the **Oksang** ( centres of spiritual learning ) near the capital of king Khagemba. The King and

মণ্ডাওবা কোংজবা

খিংবাইজমচা টুভেশ্বর

খ্বাই নাগ, মপাল পাওনম লৈকাই

আর, এম, সি, রোড. ইম্ফাল মনিপুর

মখুম,

খিরামচা শ্যামকিশর ( শ্যাম্বী )

মখুমগী ব্লোক,

মিতমশঙ

অহানবা নম্বা

খৃঃ ১৯৮২

মসিঙ ১৫০০




লুপা ৮/-



ভাগ্যাবতী কার্য্যালায় চূড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কসতা ছাপা নবা

# FOREWARD

**Dr. M. Kirti Singh**
B.A. (Hons), M.A. LL.B., ph.D.
D. LITT.

**Leisemlol Shakok**, true to its title, is a Meitei sacred text, both in its theme and in its form Its date of composition ( as it stands at present ) is clear from the styles with such words as the Hayi Haya He, Anji ( symbol ), Kuru ( guru ), Sumeru, etc. It is the Bhagavata of the Meiteis which must be handsomely conceded in the Encyclopaedia of world scriptures. In my research three memorable sittings of our sacred lore were held in different poriods where our kings listened to the same from our **Gurus**. The first discourse was held at the residence of Mang-ang Guru and king elect Naothingkhong ( 7th century A.D. accoroing to Cheitharol ) was the listener. Seven mortal guru-pandits were the principal speakers in the second sitting held at the **Oksang** ( centres of spiritual learning ) near the capital of king **Khagemba**. The King and

his nobles assembled there to take the spiritual lore ( in the 17th century ) from them. The present sitting as we find in this treatise took place during the reign of king Pamheiba in the 18th century. Pandit Khongnangthaba narrated the same to king Pamheiba for his spiritual enlightenment.

The third part of **Leisemlol Shakok** has inspired many Manipuris to develop their faith in the excellent Guru and his **Lilas** in the latter part of the **Konna Chak** ( Kali age ). The sections into which the present part is divided are (1) Time of Ka Sana Pakhangba, (2) Colonisation of Poireiton, and reign of Nongda Lairen and (3) Reign of Pakhangba's successors such as Khuyoi Tompok and Taothingmang These deal with such topics as **Laining Lambi** ( devotional life ), social life of the women ( as revealed by Mirel Khombi and her 8 companions ) reign of Khoriphaba, Thongalakaba and tending of 9 bullocks and 64 cows by divine brothers. The part in pages 1—23 contains descriptions of the play of goddesses in the groves weaving, quarrel among themselves. pounding of rice, plucking **Yellang Kengoi** ( edible plants ), etc. The techniques of utilising monkeys for plucking fruits and flowers

and of Kanga Chekwonthok ( goose ) in plucking a native Meitei flower, **Melei Leisna Nongjumpal** reflect the working of the writers's literary skill and take us back to a period two centuries ago. All these are connected with the worship of Ka Sana Pakhangba. How can we dissociate ourselves from the traditinal outlook of early society and spiritual nature of our civilisation ? The book provides up-to-date information about the origin of place names, plants, strength of Meitei kings such as Khuyoi Tompok, Yoimongba and Teothingmang and taming of horses by the Meiteis. The foot notes add new dimension for our research studies.

To-day's Manipur needs the production of this book which would help us to study the Meitei scriptural view. Late Th. Sitalchandra was one of the Meitei scholars who applied himself to the task of popularising Meitei astrology, Hindu philosophy and Religion, Meitei purunas through his laborious research works. The sacred task of bringing out the publication of his manuscripts is the effort of his enterprising son, my intimate friend, Th. Tuteshwar Singh, whose drama volumes, published books and artistic life brought to him popularity among the enlightened

circles of Manipur. We eagerly look forward to other parts of **Leisemlol Shakok** and other manuscripts which we hope will follow soon His works must be consulted with profit by students, teachers and lovers of Manipur culture.

Imphal
15 | 10 | 85

ইয়াম্বা লৈখিত্রবা শ্রীশিতল সিংহনা অরিবা লাইরিক্তগী বেঙ্গলি ময়েক্ত ইবিরম্ব লৈশেম্লোন পাজরে। লোন অসি অপাবা খুদিংদা খুরো থাংবা ওইগনি নিংই। ঐগী মশা অরি অনৌ লাংদাই ওইনা কোংদোকপীরম্লবদি অপাবগী খুৎলোয়বা হেন্নমগনি নিংই। মসি ঐগী মতনি। মসিমক ওইরমদবস্থ য়াই।

অহানবা শরুক—অতিংকোক সিদবনা শক ওন্দুনা কংসানা পাখংবা কৌন শাকোংই। অহিং খোমলেন লৈমন য়ংসানা কৌরে। ইবেম্ম মাগী মশার ময়োন ১৪ শুমহৎলে অস্থুম্না কোংদোকই। মশাবী হৈরোম সিদবা, লমলেন মশান নাইবদা মৈ ঈকলবা লুপাগী মতৌশুম মুরৈননা নোংথাংকুম্লশুম পুম লৈমিয়রে। লাইরেম্মনা মংসানা কৌরে। মচিন মনাও অনিনা উমং ১ শেমগত্তুনা বণ শেনবা ওইনা শায়রে। অনিনা লৈরোন

নোংপান অহুম্মকী লূচিংবা পুন্নমক কুমহৈ য়েংহল্লি। মায়কৈ ঙাকপা লাইরামগী মশা থংহন্দনা চীঙ্‌ মপুরেম্ম থল্লাই মিরেল ওইনা চিংশিল্লে। মসিগী মরম অসি লূল্লাং শলাইহনবা—থংহনগনু—অন্নুম্মা পাউমেল্লি।

মাইকৈ ঙাকপা লাই নোংপোক মালং হুমওইবা, থাংজিং, কৌব্রু থম্নুং নিংথৌ, অল্লাং নোংনিংথৌনা ঐগী পু অহল-না মালেমদা লৈংথবিরকপদা লাইকম পুন্নমক ঙাল্লে। মঙাল অসি উবদা কিবনা মী পুন্নমক লাঞ্জেল্লে, শন্থোং, য়ুমোই কোন্দা থুল্লিংলে। থাংহিগী য়ুগাক ৭ রাংকোল্লাংদা থুম্মারে। হয়ি চক্তা নমু পোলিং হৌরকই হায়বগী চকপা কৌই। অস্নুম্মা লৈবাক কাইবনগী উমং ওইরে। অস্নুম্মা হায়নরকপংগী পুরৈহনবা মচীন মরি পানবনা তল্লং থক্তা লাইনিংবদদি গুরুদি লিল মথক্তা তোংহুনা লৈরমলে। ইবুঙো, নং লৈতবদগী লৈবাক অসি উমং ওইরে। রাকংপদগী সিদবনা ঐবু শক থংলোই। অভিঙ্গা য়াইকোম্নুং থুমলেন মপুং কাবা মকতারেল মকতাবা, লৈরোল নোংলোন .৪ কোনবা, থংবা ঙমদবা লাই নিংথৌ লৈরি। মহাক লাকখিনি অস্নুন লৈথো, ঐথোয় মাগী মচা মতুনি। মরোল ১৪ দা মাতনা অথোইবনি হায়বা মহাক অছু কনাবুনো হংথি? নথোয় পুন্ননক চীঙ্‌না বণ শেনবা থংজি। ইনাই চংথোনবা অহমগী মচুং ইম্না রাজমন থুমলেন মপুং কাববু তিংকোই নাতোন থকী লিল্লা মরীক অমতং কংবা ঙম্নবদি থংগনি, নবুক্লিং চংউ হায়রম্মগা চংথি।

লাই অহম্মা শোয়ারেলগী মচা খোয়্রিকাবা, লাইরেম্মা থাইবুরেম্বীগা লোয়ননা শন্থোং য়ুমোইকোন কেপেদা নিংথৌ ওইহনরে

হায় । খোরিকাবা চহি ১০০০ পাল্লমী । মথংবা থম্নুং মাপারা খোঙভালাকাপা, কাইনৌরেম্বীগী লোয়মনা চেংলৈ নিংথৌ হাপ্‌খি । নিংথৌ অনি অসিদা পাখংবা, হৈরোম সিদবা অনিনা ধর্ম, পাউতাক পীখি । থুবম ৯ লিংহল্লি ।

১বা অমাং লাইকম লুপা মচুনে । লাইরেম্ম শানৌখোম্বীনা মতাম্রোই ৮ চিংহনা লাইরেম্ম ৬৪ পুখোক্‌নুনা কেকুলোৎপী শাইরে । লোৎপদা কোংবশিং অহুবু শলগী মতৌগুম থুরু থুদক কুম্না থাবক লাকই । মথক্ত তোংলগা ঈশৈ শক্‌না তান থাহনা খেঙ্গু নম্বোল শাইরে । লাইকম গুন হয়াউরগা থমং লা'ঙ ঈশেংলগা অথুম অহাও কৎহল্লি ।

২বা চিংখৈ উমংদি মেলৈখোম্বী লাইরেম্মনা মতাম্রোই ৮ চিংহনা লাইরেম্মা ৬৪ পুখোক্‌নুনা ঈরোম্বুংদা লেমলৈ শাগুম শাম্মহাল্ল । মতুংদা থুং খোঙ্গ থৎনরক্রে । হৈরোম সিদবনা উরহনা কংসানাদা রাকংখি । কং সানানা হাউসি লুংবী সানা সঙ্গাইদা পুসিনখ্রে । লাইরেম্মশিংস্থ রারী তৌনরে । মচীন মনাউ অনিস্ত হায়গী মকমদা থণ ভাক্‌নুনা লৈখি । মহুদগী হৌনা লৈবাক আসিদা থণশেল থণভাক তৌখি ।

৩বা নোংপোক লাইকমদি লৈরিখোম্বী লাইরেম্মনা মতাম্রোই ৮ লুচিংহনা লাইরেম্ম ৬৪ পুখোক্‌নুনা ফি শাবদগী ফিশাখোম্না উমং পুম্নমক নিংখি । ফিরোনবীগা ফিশাবীগা অহানবা তাম্নহল্লি । ফিশাবীনা হানবদগী ফিরোনবীগী ফি মম্নাক শেৎলগা লাইকহিবী শানৈ । পাখংবা মচীন মনাউনা ফি হয়াম্লগা উথক্তা লোম্বুনা

কুমহ য়েই। মথন্নাই শোকপী কনানা মতারোইশিংদা কি পীগ্ন তক্লবদগী থুং থোক্ল থৎনরে। তম্প লাইরেম্মনা অরোইবা াক মপূ খাদা কৎখি।

৪শুবা মৈরম লাইজি লাইকমদি খাম্বী মৈ খানগুম্বী। মিরেল-খোম্বী লাইরেম্মনা মতারেই ৮ লূচিংনা লাইরেম ৬৪ পুখোক্লনা অমুনবা হৈ হেক্ত না ভবা চয়োম শেন্মী। উমংদা য়োং নেক্ত না হৈ লৈ হকই। মতম অসিদা কংসানানা লাইরেম্ম মশীং মান্ননা পুখোক্তনা থুজেং পাইহনা ঔগ্রী চজেল চোংই। হৈরোম সিদবনা হান্নবদগী মচীন মনাউ কনা থংহন্মনা নোংলৈন্নাংদ থুংখি।

৫শুবা নোংপোক থা থংবগী লাইশংদ শংজেনখোম্বী লাইরেম্ম মতা ৮ লূচিংনা মতারোই ৬৪ না লৈ হেক্লবা থুমুদা নেকপদা য়াগ্রহনা য়োংদা অমুক নেকই। য়োংশিংগ্নু য়াংত্রেনগী শাব লৈ হায়দনা য়াত্রে। কাংজদা নেক্লনা লৈ য়াম্না কংলে লৈ পরেং লেংদনা ইবুঙোদা কৎ লা।

৬শুবা শহোংদি নেংহইনখোম্বী লাইরেম্মনা মতারোই ৮ চংহনা লাইরেম্ম ৬৪ ওাইওইননা চেং চেংই, য়াম শুই। শিন্নাইরোইশিং অহান হান্ন ভারৈ। চেং চাইবীশিংনা হান্দনা য়াম শুবীশিংবু পাউখোম-লোই ওইনৈ। য়াম্না তল হৌরগা ইবুঙো ইবেন্মা অনিদা কৎলে।

৭শুবা লাইকমদ হিংলনখোম্বী লাইরেম্মনা মতা য়াই ৮ লুচিনা লাইরেম্ম ৬৪ গা লোগননা য়েনগাং মথেল লাংলগা কৎলি।

৮শুবা লিক্লম লাইজি পাংবা লাইকম্না য়ুইরেলংখোম্বী লাইরেম্মনা মতা ৮ লূচিংনা মতাই-য়াই ৬৪ গা থৌগল চংলি। য়ংসানাগা চান্নবান্নু মহাকনে। অসিগুম্বা কংসানানী লিপখে ময়োল অহমদা শান্নদে। ওইদবা তোপগন্নু, লাইদা লান্নুগন্নু, শাহোংদ

লৈবী শাগ্নোইদা পুক্লিং চংগৎ। শগ্নোট ওইনা পোকনি। কনাগুম্বনা মন্থং মতম চাদনা শিবা, অঙাং চক্লুদা হাপতুনা ফুম্বৎ নোক্লবা মীশক ঈকঞ্জবদি মাঙ্গোল কাহনগনু। শাগৈ অমগী অপোকপা ঌৈকনু, অতোপ্পা শাগৈদা পোকনি। লাইয়াংশিংদা পীবা পাউতাকশিং অসি পামহৈবা নিংথৌদা লিখি। অসিগুম্বা পাথৎবশ্ন নিংলেন লাই ৯দা হগ্নাও তয়াম্বা অসি চহি ৬০০০ হৌখ্রে। খুন্নংচক লোইশল্বা চহি ৮০০ ঋাংলিৈঙদা পুগ্নৈহনবনা পোইৱ্রৈতোন লাইনাউতাবী অনিবু ভাংৈবং কোংনা লৈবাক ঙাকহল্লে।

অনিগুবা শরুক— পুগ্নৈহনবনা খোইয়ুম লাই ম্লাইকাম্লা কৌৱে। নংনা তোকপা তোকম্নু মৈশাংবা, শাবী য়াম্বা তোম্পোক, রাপা চেংঙাচা অহম্মক লৌশিং তৌহ্নুনা য়াৱৌ য়াওশাবী খুলপী য়াংই শাবু থম্নুং থোংজিল্দা থৌজিল্লু। ক্রোং লাউবা মথোল তাবদগী তোকপগী মপুকতা চোংশিনখি। তোকমু মৈশাংবী রাপা চেংঙাচা মচিঙ্গাকনি চারাউই। শাপী য়াম্মা অতাম্বদি কিবনা থম্নুং লৈবাক্তা লৈখি। পোইৱ্রৈতোম্না লৈবাক পুম্নমক লৌদনা মী লাখ ৬ কা ঙাইগ্নোইননা পানখি।

হৈগ্নোম শিদবনা কাসা নিংথৌদা হংই। হৌজিক কোম্ন চক চহি ৮০০ হৌখ্রে হায়ৱকপদা কংসানানা ইশাবী নংদি খুম্বীগ্নোকী সানা থোকপা চীং শংউ হায়ৱগা রংসান গা লোইনহুনা কোৱৌ থক্তা কাখ্রে। অথোইবা নংদি সানানা ফুদোংবা মঙান শান্ন ঙানবা পাম্বোম মরিগুনা পানবা, খুত্তা খুংলাই পাইবা কীগে নিংথিবা থোনবা ঙাউগ্নোইনাইনা থৌগল্লুনা লৈমগ্নেলগা লৈগ্নম্রে। শোগ্নায়েম্না

শেকপীল ৯ থন, মচীন ৪ পানবা লাই মকোক্ত লোলাই থো নোংপোক মাললনা চাকথাং য়াম্নোং কাল, য়াইফু নিংথৌনা মৈবুল হাইজাও থ'ল, সুংশিং নিংথৌনা লমজিং, নোংগী লাইনা লিচৈ থুত্ত পাই মাংশোক থা, বাংত্রেন, শক্ষোং নিংথৌ, হৈয়োম শিদবা অহুম নংবু ওকলি। ইঙা থাগী নোংমা পানবা য়ুমশকৈশ মুমিংকী অহিংনি, শগোলশেল মুমিত্ত শংগুম্মী। লৈশাবী ১০০০ না লৈশাংথেমগী হিদেন ৭ কী ঈশাইফু ১০৮ না শোকলে। ঈশেংলে, কিজেং লৈভেংদনা কম্বাল থক্তা কারে। কোয়ো থক্তগী হৈ লৈ খিকলকখি। হৈয়োম সিদবনা ইবুঙো নংগী নখুং ৪ পালবদি কোম্ম চকনি তাকপোইরে। কৌজিক্তি অচৌম্বা বিচায়না লৈবাক হায়েল্লো।

পাথংবনা তাইবং কোংবা পাউ তায়হনা পোইরৈ'তাম্না লান্দায়কলে। হৈয়োম সিদবা মচিন মনাউনা শগোল তোংহনা থায়োমদগী চংলকপদা লৈশাংথোংদা থেংনরে। পাথংবনা পোইরৈতোনগী লোলাই থু'দক্তনা লৈমাইদা থাদরে। হৈয়োম শিদবনা চুবাদা থুহম্ন তবদা য়াম্বখি। পোইরৈতোম্ন পাথংবদা মথয়াই নিখি। পোইরৈতোম্ন নংদি পুম্নমকী মপুনি নশক কোংবায়ু হায়বদগী পাম্বোম ৪ পানবা, ওটম লৈমরেল শিলহৈবী, য়েক্তা লৈম্লেমনা থৌগল তৌবা উংখি। পোইরৈতোন, লাইনাউভাবী মিঙুং.কান্দা হনখি। লাইম্না পাথংবদা পীহনা লৈবাক হায়েনহল্লে। পামহৈবনা পাথংবনা কয়িগী লুগ্নাবী লৌহনা লৈবাক য়াম্নেন হনবনো হংখি। লাইমক্লা থংবা ওমদবা পোংনি। ভুংগী মীনা থংত্রবা মতমদা লৈবাক মরেং তাগনি অশিংবনা থংনবা ইহনা থম্বনি। পাথংবনা ইশাবী মংগী শক অনি-

খোক্না পুখোক্নো ঐদি মিৎকুপ অমত্ত নংগা থানদে। হৌজিক শাগৈ শলাই খুদিংগী তৌগদবা শীনকম তাকপীহুনা য়ুমথোং খুদিং লৈবিরক্নো।

পাখংবগী মতমদা শলাই খুবম লিংবা হৌই। শলাই পিবাগী কম থি'ন্দাকখি। লাইস্নানা ইবুঙো অহিং মী ওইবা মুংথিল লাই ওইবা ঐখোয় অনি ওইমিন্নসি। ঐনা অহিং মী ওইবদি নং খংই, মুংথিল লাই ওইবদি থম্নুং নিংথৌ কাওবা খংদে। লাইরৈমগী মচা মুপা ১ পোক্লে। পাখংবসু চহি ১০০ পান্নরগা কোরৌ থক্তা কাব্রে। মশাবৈ হৈরোম।সদবা লাইরেন্ম অনিসু লৈপী দোলাইদা তো.হুনা কো'রৌ থক্ত কাখি।

তত্তবা শরুক তবুংবা, খোংনাংথাবা, নোংপাল নখোয় তাউ পোগরৈতোনগী তালোয় তুমন পাখংবগী নাক্ত লৈবরে। হুরি খুমুং, লাংবা চক অহুমদি চেং চারগা কোয় চক্ত পাখংবা মহাকথক্ত লোইমাম কৌ শগী শুকমু লৈতম কেনবনা কো'রৌ নোংথৌ কংবা তরা চেংচোই ক ৎতনা কোয় চক কাওবা কররা পান্নিবা? খুমুং চক ময়াই চন্নকপা ইনান্নবা লৈবাক নিংথৌ পুন্নথক লোইথোম কৌ শুক্তনা চানরে।

অঙনা মহা:পাপী পান্নগবা পোকই। মুন্নিং ৫ নিদা তাইরি'তনা মৈ প'রহুনা মুমিংকী মতুং ইন নোং নিংথৌগী শগোল অঙৌবগী শানিং পান্নহুনা চোংখৎখি। নোং নিংথৌগী অরাং লাইরৈবাক লাপ্ন পান্নরক্ল হায়বদগী ইহুনা থনম্বা খংনরে। যুগ ৭ হ্নৌগ্রবা কোয়া চক য়োনা খাওনিং চোমবশুন চোনথবগী

ভরা চেংচোই ফাংভনা পাল্লকপগী ওইরব্রা? মীরৈবাকচা মহৈ হৈবনা ভারগা নাতৈ চাদবদগী লৈবাক ময়েং ভানি। লৈবাক্কী থৌরম অশংবা অতৈ লৈবাক্কা থংনবস্থু রারম ২ নাতৈ চানা ইচ্ছুনা থমউ। অহলগী য়াথং ককপা লুই। মতাং গুরুগী য়াথং লাইরিকশিংদা চন্না থমজগে।

খুয়োইতোম্পোক পাথং ফংরক্লে। লোইন ৭ কা ইরোইননা অরাং উমংলেন্দ হয়াওনরিভে কোরৌ থকুগী শগোল মাঙ্গিথাক অনিনা চাকতারকপা খুয়োইতোম্পোক্কা উরছুনা লুংবা, কোইবা অনিদা থিনহুনা তাকই। কোইবা, নিংথো; কৈগী মতৌগুম চোং-শিল্লুনা শগোল মশোং কারে। শাবল লৌরু হায়রগা পুংরু মশা থেক্কা থৌরী তাদনা পুল্লে ; পুরেল্লে মপান থেংপীরে। খুয়োই মদাইরেমশিংনা নোংদোন থেংনা শগোল তোংনা চংপা লৈবাক উথি। খুয়োই নোং নিংথৌগী নাক্তা থুংখি। নোং নিংথৌনা অপাকপা অপোকপীগী মমিং হংখি। খুয়োইনা পাখংবা, লাইস্রা অনিগী মচানি থুমখি। নোংনিংথৌ, মহারাণী অনিনা খুয়ইদা মচা থাজরে। খুয়োইগী পান্নী ৩ কংখি। য়োইমোংবদা খুবম শিররম্নগা নোঙ্গাংগ্র।

লুরাং লৈংকাইবগী রা পুক্লিং চংনা তাউ। লাই হিংগাবা, চিরংবনা রাংব্রেনগী হৈ কৃষ্ণলুবদগী মশা পাল্লক্লে। কাকয়েন ওইরে। কাকয়েন্না মী চারকপদগী চকপা থূল মী তাকলকলে। অত্তাং লাংজেং মকাম্নকপি অনিদি নোংঙাল্লবদি মথোম্নবু চান্নরগনি কিবনা চেলকলে। থামথদা লম্বী থংদবদগী উমং কাওনা চেল্লক্তুনা নিংথৌ কাদা থুংলরে।

নিংথৌ মচিম মনাউ অনিমক ভুয়েল ঈতেংভিতৈদা অঙাং বা তারকহনা কাকয়েন কানবা থুংশু পাইদনা চোংথোক্লে। মোইমোংবা কাকয়েন্না চেন্লহনা পুথিবা উবদগী মনাও তাওথিংমাংনা পাথংবা মীংথৈ শোলহনা কাকয়েন কা পথাইহনা লৈম ইদা থাদখি। কাকয়েন হাংলবা মতুংদদি লৈবাক নিংথৌ লৈতানা পাল্লে। মোইমোংবা, মনাউ তাউথিংমাংদা নিংথৌ খুবম শিন্নরম্লগা নোঙ্গাথ্রে। মথক্তী মায়ী অসি পামহৈবা মতমদা নিংথৌরোল সৈওনবা কৌবা লাই-রিকশিংদা য়াওদবা মথৈ ইবনি অসুম্না কো দোকই।

লৈশেমলোল পুথোক্তনা কৈবাক্তীনা অথং অহৈশিংগী মাংদা থম্ব নৈন-নবা কোংদোকপা অসিনক পুম্নমক্তী য়াইকবনি নিংই।

ঙরিপোক দেবান লৈকাই
তাং ১৪।১১।৮৫ ইং

শ্রীনরেন্দ্র সিংহ থিয়াম

# য়াহৌদোক

লাইরিক অসি লৈখিজবা ঐবু পোকপা গুরু খিংবাইজম শিতলচন্দ্র সিংহনা ইং ১৯৪৭ তা 'পাখংবা খোগল মরুপ' কী সেক্রিটরি ওইরিঙৈ মতমদা মৈতৈগী অরিবা মযেক্কা ইবা লাইরিক্কী বাঙালি মায়েক্কা ইথোক্লম্বনি। লাইরিক অসি মনিপুর ইতিহাসকী মমুং চবা মরম্না কোংদোকচনিংহনা ইয়াম্বা শ্রীচোংথাম জয় সিংহনা য়েংবীয়ু কাম্বককই। লাইৎক ফবনি, পুকচেল চাউবা ইয়াম্বা অরনা অরিবা মযেক্কা ইবা লাইরিক অচুমক লৈ তাওপীহনা অরিবা মযেক্ক লৈবা বানানগা চুওশিন্নহনা লাইরিক অসি খ্বাই তাবাগী মকমদা লাম্থোকচবনি। অকোঙবা অম ওইনা খুদোল তমজবা ৫ শুবা লাইরক্কি।

বানানগী মতাংদা লাইরক অসিগী তোপতোপ্না মওং থম্না থেংনবিগনি মর্চ্ছাদ রু (লাঃ ২)=উ; কোলনা চক (লাঃ ১) =কোয়া চক; লাইরক (লাঃ ২১) =লৈরক; সালনারি (লাঃ ৪৬) — শান্নরি; সল (লাঃ ৯) =ষণ; য়ীখোই (লাঃ ৪) = ঐখোহ; য়ীরাং (লাঃ ১০)=ঈরাং; য়িসানৌ (লাঃ ৭২) = ইশানৌ, ভামোল (লাঃ ৫০) = বামোল য়িসিং (লাঃ ১০)=ঈশিং; অসিনচিংবা। মসিনা অপাবদা খুৎ-লোইদবা য়াই অতুবু লাইরিক মশাগী বানান য়ারিবমখৈ মচুম্বা অহু পুথোক্লবা হোৎনজবান। অতুগা য়াহৈগী য়াহয়োক মাল্লবদা বানান থরুতা থেম্নরগা খোম্থোক মাল্লপ তৌবা য়াহৈ থেংনবীগনি

মচুদি চারে ( লাঃ ১২ ), চৈরে ( লাঃ ১ ); চাহৈ (লাঃ ৫০ ), চাহি ( লাঃ ১ ) ; খোরং ( লাঃ৪৬ ), খোইরম (লাঃ ১ ), খোইহুম (লাঃ ১ ) ; অসিনচিংবা।

লাইরিক অসিদা চহি পিবদা চিংননিংঙাই ওই মরমদি মতাং অসিদা অকবা পাঙ্গি অমাগী মখো ত্তাই। অহুমকপু লাইরিক অসি ইতিগাসকী মমুং চনবা মরম্মা চহি পিবদা মতে লৌজখিবা মরু ওইবা লাইরিকশিংদি—

১. চৈথারোল কুম্বাবা —৺লাইরেনমচুম ইবুংঙোহল সিংহ
শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ

২. অশম্বা কুম্পাবা অমসুং
য়েংখোম শাগে লোন — শ্রীয়েখোম ভাগ্য

৩. কেগে হারেম্বা ঙাঙোই লৈশেম্বা—খিংবাইজম টুভেশ্বর

৪. নিংথৌরোল শৈরেং
( অহানবা শরুক ) —শ্রীওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ

অসিগা লোইননা মতেং লৌজখিবা অতৈ লাইরিকশিংদি—

১, লৈথক লৈখারোল —শ্রীয়েংখোইবা ভাগ্য

২. নিংথৌরোল-লম্বুবা
( অহানবা শরুক ) —শ্রীওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ

৩. ঈয়েক-সন্নাই অমসুং
মুমিং-থাপান —শ্রীঅকোইজাম্বা পীবা নোদিয়াচান্দ

৪. অরিবা মনিপুরী সাহিত্যগী
ইতিহাস —শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ

৫. মৈতৈ পুংরি ( খুৎই ) —৺ থিংবাইজম শিতলচন্দ্র সিংহ

৬. সাকোক লম্লেন অহানবা ,,— " " "

লাইরিক অসি কোংজোক্লবা হোৎনবদা চাওরবা শরুক য়াবীখিবা অমস্তুং মমল য়ায়বা পাওভাক পীবিখিবা ইযাম্বা শ্রীচোংথাম জয় অমস্তুং অরিবা লাইরিকা চুঙশিন্নবদা ইত্তে পাংবিখিবা ইনাও শ্রীসামোম শ্যামকানহাই অনিগী অকমদা শিংবা ওয়রেহইদবা লমন তোনশিনজরে।

লাইরিক মখুম য়েকপীবা ইনাও শ্রীখিয়াম শ্যামকিশোর অমস্তুং মখুমগী ব্লোক শাবিবা 'মিতমশঙ' গী থবক পুবিরিবাশিংগী মকমদা তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

ভাগ্যবতী কার্য্যালায় চূড়াচান্দ প্রিন্টিং য়ার্কসকী প্রোপ্রাইটর ঐজ্জা শ্রীবাসুদেব শর্মানা থৌজালগী মিৎয়েংনা য়েংবীহনা য়াম্না থুনা লাইরিক অসি পুথোকচবা ওম্বগীদমক ঐজ্জা অমস্তুং প্রেসকী থবক পুবীরিবা পুম্নমকী মকমদা নোলুকচরি।

য়ামাং য়াহৈ ইবিরকপা ওঝা শ্রীমোইরাংথেম কির্ত্তি সিংহ অমস্তুং মামো শ্রীখিয়াম নোরেন্দ্র সিংহগী মকমদস্থ তৌবীমল খঙবা উচ্চরি।

অরোইবদা, লাইরিক থুনম অসি তাহ্না তাহানা নমখিবা মরম্না হেনখিবা, মরেক চিংথ-নাম্বখিবা, অশোই অভাম য়াওখিবা পুম্বা ওাকপীয়ু হায়না নোলুকচরি।

নিঙোল চাকৌবা কুমিৎ,

শগোলশেল,

তাং ১৪।১১।৮৫ ইং

পুথোকপা অমস্তুং কোঙজবা

# ꯀꯩꯁꯦꯃ꯭ꯂꯣꯜ ꯁꯥꯀꯣꯛ



হারি হায়া হে ॥ ৩.১ । হে! লিক্লাইও : * কোলনা চক্ কী চুক্ অকোলপাপু মৌতারিবৈত্তা আতিংগোক্ কুক্ষ সিতাপানা মাসাপি অসিপাকী কোলোয় মামিংথোংপু হৈরোম্ সিতাপা কৌনা গুাইরোইন'রক্লাপাকা তাইপঙ সালকোংতানা নামু পোং রোই-পাশিংপু সালথঙহনতানা কংলা নোংলৈয়াঙকী চোয়নৌ সানা কুম্পাল লাংতা রাইথুংলরে হায়তাপারা ॥ ৩.২ । আশিংকোক লাইয়িংথৌতি কোলোয় মামিং হোংনা চেংলৌ মাসক রোনলে ॥ ৩.৩ । চৌঙ মামিংথোংপু কংসানা ওঃ তৌনা কৌরক্লে ॥ ৩.৪ । মচু সংপাম্না হিকোক কুম্পালথোংকুম রূলপী পুক্রিঙ হুনারক্লে ॥ ৩.৫ । চাহি কুমসিঙ ১৫ ( তারামাপ্তা ) কী নাওরা মথোক্লকপাপু রোইনা চেংলৌ সকপালথোঙপু লোইতাম থাচা মাপুঙ ফাকুম মায়থোং মাঙাল নাইপাতা সম্নাং তাপুন্নৈএ ॥ ৩.৬ । নাথাক নারেন নিঙথিপাতা নাথাং চুমপুন মাঙাল নাইনা চৈরৈ রানা মালপাকী ফিকে আসংপাপু কৈসোম থাঙসেংননা মাঙলম কেনা য়াল তুংসোল নামৈ য়েম্বা চৈরৈ থামেল চম্নাপু থাঙসেং তোলথাংনানা মানিক ঙকোইনাপাপু লিম্নি মাঙাল নাইএ ॥ ৩.৭ । চুমীথাং নোংথাঙ কুপকুম্না চিকথোইপাপু

---

*খৃষ্টগী মমাং চহি ৬৪৬—'চৈথারোল কুম্বাবা' । (২) খৃষ্টগী মমাং চহি ৭৭৭—'অশম্বা কুম্পাবা অমসুং য়েংথোম শাগে লোন' । (৩) খৃষ্টগী মমাং চহি ১০৫৭—'কেগে হারেম্বা ঙাঙাই লৈশেম্বা' ।

ঙেনা খোইয়ুম পুম্নামাকী র ূলপী পুক্লিঙ হুনারক্লে হায়রতাপাম্না। । ৩.৮। মাসানৌ সামু রোইরোম থাপীপু অহিং খোম্নেল লৈমানে, কোলোয় মাম্নিং হোংনা রঃসানা ওঃ ভৌনা কৌএ। । ৩.৯। সকখোং মাঙাল নাইপীপু চোয়নৌ সানা মৈখাঙকোনকুম মাঙাল আম্নাপীপু লৈম্নোল নোংলোল .৪ (তরামরি) মানা র ূলপী পুক্লিঙ হুনাএ। । ৩.১০। খোইয়ুম র ূমংলেল ৮ (নিপাল) মাকী থাম্নায় সকমাম্নোন ১০৮ (চামানিপাল) মাকী ভম্পা লুচিংপাপু রোইনা থাম্নায় লানপীনাপাকী কুমহৈ মুংঙাইপাপু সালনালারে হায়রতাপাম্না। । ৩. ১১। মাসাপি হৈরোম সিতাপাতি মুমচাও লম্নেল কাকি কারেন মাঙাল নাইপাতা কম্পী মুমরোইনারারে॥ ৩.১২। সামু মাহাকসাংপু চোয়নৌ লুপা মৈখাঙকোনকুমএ ॥ ৩.১৩। কুচু মুরেনাপানা তারং নোংথাঙ কুপকুমএ ॥ ৩ ১৪। মাসানৌ সামু রোইরম থাপীতি মঃ সানা ও ভৌনা কৌএ হায়রতাপাম্না ॥ ৩ ১৫। সানা ম্নাইকোলমুংপু পামেল র ূম্নাম পোক্লা র ূমং পুম্না ওইরক্লে॥ ৩ ১৬। র ূমং ৯ (মাপল) মুনা ভনলা উ ম্না নাপী সিঙপী পুম্নামানাচিংনা মাঙাল আম্নাপাপু লাকঙমতারক্লে ॥ ৩.১৭। খোইয়ুম পুম্নামানা র ূলপী পুক্লিঙ ওক্লারে॥ ৩.১৮। থারনা মাওতা কুরু সিতাপা মাহাক্লা কাওম্নাঙেপু মাভৌ আসিকুম্পাপু খোইয়ুম ম্নিপোক্লকঙেকী ম্নাথৈপু মাভৌ অসিকুমপাতি র ূথোক্লকতারিএ হায়না সোলমোইনাথিএহায়রতাপাম্না। । ৩.১৯। খোইয়ুম ম্নাইকৈ ঙাকপা পুম্নামানা চৌঙ ূসানা মথোঙথাপু তালথংপা হায়রতাপাম্নুঙ মামি মাভম্নাপু সালথঙ ওম্নোতারে। । ৩.২০। থিপোক ম্নাইকাপা থাম্নায় চঙথোমপাথিম্নো পাথুপ লৈনেম

থৌতা মাল্লাল হুমল্লোইনাপাকি সান্নু থুংথুম চৎনা লালথঙ্গল্লাল্লাপানে ॥ ৩.২১ । ব্রুম্বং ৮ ( নিপাল ) মাসিংগী সানা য়োইকোললুংকী মাল্লাই ব্রুম্বংলেকা ব্রুম্বংলেল ৯ ( মাপল ) মাতাকী পামেল ব্রুপাল পুন্নামাপু চোয়নৌ সানা পানপী ল্লোইনা সানা মাপাল সাংলক্লাপাতা হিমাক চঙংখানপা য়াইমাক থোইকোইপপু মাহৈ মায়োং ল্লোইনা পাল্লক্লে । । ৩.২২ । মানিক য়াইরংচালসিংগী পামেল ব্রুসা থলনা পাল্লক্লে । । ৩.২৩ । কাওল্লেল মিংনাইপা ৯ ( মাপল ) মানাচিংনা সলপী ৬৪ ( কঙ্ক্রমরি ) মাকী থাওপী সলংাকপা, মালপী সলসেলছলপাপু ল্লোইনা ব্রুম্বং ৯ ( মাপল ) মাতা সানৌ মাচি মানাও অনিমাতি অঙাং মানিঙ তম্লা সাজনাল্লক্লে ॥ ৩.২৪ । সলসেলপা মাচি মানাওনা কৈল্লোল নোংলোল অঙম্বাকী থাল্লায় লুচিংলিপা খৈপিকপু চিংসিল-পিল্লাপাগা চীঙক্রু মাপুল্লেলনা থাল্লায় কুমহৈল্লেল মুংঙাইপাপু সালন্নপিলাপানে ॥ ৩.২৫ । কুমহৈ মাতৌ য়েংনা খোইয়ুম মাইকৈ ঙাকপা ৮ ( নিপাল ) মাকী থাল্লায় মামিল্লেলপু মালপী মাসক ল্লোইনা চেনসিলখিপাপু মতোম মতোম সালথঙ্গল্লোতে । । ৩.২৬ । থৌল্লম আসি থঙনা হে ! লুল্লাং সল্লাইহলপা ও নঙপু ব্রুলপী পুক্নিঙ তম্লো ॥ ৩.২৭ । খোইয়ুম মাইকৈ ঙাকপা পুন্নামাতা ললতাল ল্লিথৌল্লাংনা পুক্নিঙ চোইসাল্লকানো ॥ ৩.২৮ । লাইনিঙ পোৎসক মাতুং য়িলনা থাল্লায় মামিল্লেলপু মক্লাপানে ॥ ৩.২৯ । সামু মাহাকসাংসিংগী কোনঙৌ মিসি ল্লোইথিপানে ॥ ৩.৩০ । চোয়নৌ সানা মৈথাঙকোনপু সানা ললতাল থীনকুনো ॥ ৩.৩১ । চোয়নৌ মৈথাঙকোনপু তালকংচাল্লাপাতি তম্পা য়াইরংচালপু ল্লোইনা

খিলপীরাপানে ॥ ৩.৩২। কোনঙৌ মিসি আতুডা ডম্পা য়াইয়ং-চালপু কাতৌনোংডা খিলপা হৌনাতায়াপানে ॥ ৩ ৩৩ মাঙাং কোলোয় য়িপাওতাকপু ব়ুলপী পুক্লিংসিঙনা না-ডা ও॥ ৩ ৩৪। চীঙঙু মাপুয়েল সানৌ মাচি মানাও অনিমাপু ব়ুমং ৯ (মাপল) মাতা থারায় লাইনিঙলেলপু সালনাঙামখিস্নো ॥ ৩.৩৫।

খোইযুম মাইকে ঙাকপা পুম্নামানা ব়ুলপী পুক্লিং ঙকপাপু রাহমলুখিকে ॥ ৩.৩৬। নোংপোক মানলং হুমরোইপা থংচঙ লাইমারু আবাং কৌপারু আস্নমাস্নঙ খমলুং য়াইপী নিংথোকা অরাং নোংনিংথৌনাচিংনা চীঙঙু পুরৈহলপাপু য়ীলতালাখিরাপাকা খুৎকাং চেপনা লোলনা রাহমচাখিএ, 'হে! চীঙঙু নোংতমপা নঙপু ব়ুলপী পুক্লিঙ পিনা না ডাপী ও ॥ ৩.৩৭। খোইয়ুম য়ীখোইকী লাইনিঙকম সানা য়াইকোলঙুংডা কোলঙুং পুম্না ঙারক্রে ॥ ৩.৩৮। মাঙাল আরাপাপু য়েংনা নামু পোং রোইপাঙ্গিংপু পুক্লিঙ আকি চঙলাপাকী কেকে য়িম্নাক ৭ (তরেৎ) মাস্নম সলথোঙ য়ুমোই কোলঙা খুলডাখিয়ে ॥ ৩.৩৯। থাঙঙী চেনলৈ য়াঙপা য়িম্নাক ৭ (তরেৎ) মাকা লম্নেল রাংকোম্নাংডা খুনলিংনাখিয়ে ॥ ৩.৪০। নামু পোং রোইপা খৈপিকপু চাইথোক্লাখিয়ে ॥ ৩.৪১। চাইয়েল য়িম্নাক্লা হালনা চাইথোক্লারকএ হায়পাকী চাইয়েল ও তৌনা কৌএ ॥ ৩.৪২। হায়িচকডা নামু পোংলিং হৌরকএ হায়পাকী চকপা ও তৌনা কৌএ। ৩.৪৩। চকপা খুলকঙ আয়াম্পাপু চাইয়েল য়াতুংয়িলনা মাতোম মাতোম চাইনাখিয়ে ॥ ৩.৪৪। তনলা আঙনপা পামেল আয়েম-পা-সিংপু ব়ুমং পুম্না রোইরক্রে ॥ ৩.৪৫। চীঙঙু মাহাকসাংপু

চেংলো সক র্‌ুঙমতে ।। ৩.৪৬। পুন্নুং লেপখঙ ঙমতাপাকী লাইচা যিরৈচলকুম্লে ।। ৩.৪৭। হে নোংভম্পা ও। চীঙঙ্‌ নাখৌচালনা কারম সালখঙহনকাপানে' হায়না রাকৎলাপাকা চীঙঙ্‌ পুরৈহলপাকী খামোই লাইমিং আরাপানা মিংয়েং সানখৈরুপাপু চীঙঙ্‌ মতিক সুপখোইশাপু পালতম খিচিকতাসুঙ সালখঙঙমতারাপাকী পুরৈহলপা চিনকোই ৪ (মরি) পালপাসুঙ র্‌ুলপী পুক্লিঙ ঙক্লাপাকী খোইয়ুম পুরৈহলপানাচিংনা সলখোম লাইচা তরঙথকতা লাইমিং মিংখৈলেলপু সোলনা নিঙলুরাপাকা চীঙঙ্‌ কুরু সিতাপাসুঙ পাকন লিল নিংখৌকী তোক্লেল ১০০০ (লিশিং অমা) মাতা তোংনা সালকোংলক্লাপাকা খোইয়ুম পুম্নামানা খুৎকাং চেপ্পা লোলনা রাকৎচখিএ. 'হে। য়িপুংঙ্‌ কুরু সিতাপা নঙকী সানা য়াইকোলন্নুংপু নামু পোং নিংখৌপু লৈতারাপাকী তনলা আঙনপা পামেল অরেম-পা-সিংনা র্‌ুমং পুম্না রোইরক্লে ।। ৩.৪৮। চীঙঙ্‌ মাঙাল আরাপা আমাপু চেংলৌ সক র্‌ুহনতানা সালকোংলক্লে ।। ৩.৪৯। মাতৌ কারিকুমপাপু রোইরিকাপানে! নাতাইরেম য়ীখোইপু র্‌ুলপী পুক্লিঙ ঙক্লিনক্লে' হায়না রাকৎখোলকী চীঙঙ্‌ র্‌ুঙমতাপা কুরু সিতাপানা রাহুরুকএ, 'চীঙঙ্‌ এসুঙ খৌরম মান্নুং চননা সালখঙঙম্লোইএ ।। ৩.৫০। আতিংঙা য়াইকে লন্নুং থুম্লেল গাপুঙ কাপা মকতারেল মকতাপা লৈরোল নোংলোল ১৪ (তরামরি) মানা য়েংতানা র্‌ুঙমতাপা কম্পী য়াইনিংখৌপু লৈরিএ ।। ৩.৫১। খাত্তায় য়াইপিরেলকী কুরু সিতাপা পুম্নামারকতাকী কুরু সুপা খোইপা নিংখৌরেলপু লৈরিএ। ।৩.৫২। চীঙঙ্‌ মাপু সালকোংলক্লাঙেনে ।। ৩.৫৩। খোইয়ুম

পুম্নামা নঙথোইহতি লৈখিন্নবো ॥ ৩.৫৪ । কুরু সিতাপা মাপুরেলতি মীহাক্লাচিংনা চাওঙ্ঙ মাঙোক্তাকী পোক্লকপানে' হায়থারাপাকা থোইয়ুম পুম্নামানা থুংকাং চেম্মা লোলনা পুনেমহৌএ । ৩ ৫৫ 'লৈরোল নোংলোল ১৪ (ভরামন্নি) মাকী থোইরেল থোইপা থকতা পালকাপা মাপুরেল নঙকী হিমাক যাইকোলহু পু কম্পী কাম্পানা থোইরীপানো ? । ৩ ৫৬ । হে ! মীপুংঙ্ কুরু সিতাপা নঙপু থোইপা চাওঙ্ঙ কাম্পাপু লৈরিপানো ? । ৩.৫৭ । ব্রুলপী পুক্লিঙ ঙকএ' হায়না পুনেমথোলকী চাওঙ্ঙ কুরু সিতাপানা আনৌপা পাওতাকাপরকএ, 'হে থোইযুম থোইকেচপা নঙথে'ইপু কাওরেল সল থোওথুলকী লাইচা য়িরান ঙমতারিপা লৌশিং মাসেলনে। । ৩, ৫৮ । মীনাই নাইমুংচঙ পাওতাক চঙথোনপাপু তালকলাপাকী ব্রুলপী পুক্লিং লেপ্পা মিপোক মাইকাপা থারায় চংথোনপা মীমাক থোইকোইপা অহুম্মাকী হৈনা মাতুংয়িলনা পুক্লিং রাচামলকী থুম্রেল মাপুংকাপাপু তিংকোই নাতোল থকী লিক্লা পীসিল মায়ম৩ংপু ওল-কচারাপাতি পালতম খিচিকতা সালথঙঙৈনে ॥ ৩.৫৯ । থোইয়ুম নঙথোইকী কম্পিরেলতাতুম ব্রুলপী পুক্লিং ঙপ্পা লৈরুলো' হায়রন্না-পাকা চাওঙ্ঙ মাপুরেলম্নঙ হুলরাইথিরে ॥ ৩.৬০ । থোইয়ুম পুম্নামাম্নঙ রোনতেরক্রে হায়তাপারা ॥ ৩.৬১ ।

চাওঙ্ঙ পুরৈহলপানা আবাং নোংনিংথোকী মাপারি থোরীকা-প্লাপু পাওকৌরাপাকা রাহুর্মথএ, 'হে থোরীকাপা নঙপু সলথোং য়ুমোইকোলতা কেকে থুক্লিংথৌপু রোইনা পোইরৈ পুম্নামাপু মাল্লেম নৈপাক ঙাকনু ও' হায়থারাপাকা চাওঙ্ঙ নোংথৌ সম্বারেলকী মাপারী

খোইয়ুম খোরীকাপাডি মাসানৌ থাইমুরেম্পীপু ঙাইরোইনানা কেক খুন্নিংথৌপু রোইনা পোইরৈ পুম্নামাপু লমচন্নমএ হায়রতাপারা। ।৩, ৬১ । চহি কুমসিঙ * ১০০০ ( লিশিং অমা ) মুনা পাল্লাপাকা মাসানৌ থাইমুরেম্পীকা আরাং ক্রো নোংকাখিরে হায়রতাপারা ।।৩.৬৩।

খোইয়ুম পুরৈহলপানা খমমুং লৈমাপাকী মাপারি থোঙঙালা-কাপাপু পাওকৌখিএ. 'থোঙঙালাকাপা নংপু থাঙলেল রাংকোল্লাংতা চেংলৈ নিংথৌ রোইনা মাল্লেম লৈপাক ঙাকলু ও' হায়খারাপাকা মাসানৌ কাইনৌরেম্পীপু ঙাইরোইনানা থাঙঙী চেংলৈ নিংথৌ রোইনা মাল্লেম লৈপাক ঙাক্লমএ । ৩.৬৪ । পোইরৈ পুম্নামাপু চেংলৈ লমচন্নমএ ।। ৩.৬৫ । চহি কুমসিঙ † ২০০০ ( লিসিং অনি ) মুনা পাল্লাপাকা মাসানৌ কাইনৌরেম্পীকা ঙাইরোইনানা আরাং ক্রো নোংকাখিরে হায়তাপারা ।। ৩.৬৬ ।

---

*(১) খৃষ্টগী মমাং চহি ৭৪৪৬ -- ৬৪৪৬ 'চৈথারোল কুম্বারা'। (২) খৃষ্টগী মমাং চহি ৭৫৭৭—৬৫৭৭—'অশম্বা কুম্পাবা অমমুং রেংখোম শাগৈলোন'। (৩) খৃষ্টগী মমাং চহি ৭৮৫৭—৬৮৫৭—'কেগে হারেপ্পা ঙাঙোই লৈশেম্বা'।

†(১) খৃষ্টগী মমাং চহি ৬৪৪৬—৪৪৪৬—'চৈথারোল কুম্বাবা'। (২) খৃষ্টগী মমাং চহি ৬৫৭৭— ৪৫৭৭—'অশম্বা কুম্পাবা অমুমুং রেংখোম শাগৈলোন'। (৩) খৃষ্টগী মমাং চহি ৬৮৫৭—৪৮৫৭— 'কেগে হারেপ্পা ঙাঙোই লৈশেম্বা'।

কেকে খুল্লিংথৌ থাঙজী চেংলৈ নিংথৌ অনিমানা *চহি ৩০০০ ( লিশিং অহুম ) সুনা মাল্লেম লৈপাক ঙাক্লিঙৈভা ক:সানা মাপুরেলকা মাসাপী হৈরোম সিতাপা সানৌ মাচি মানাও অনিমানা থারায় পালপা খৈপিকী থারায় লাম্নাথোকী কুমহৈ মসি সুনা সাম্নাপিরে হায়তাপারা ॥ ৩.৬৭ । সানৌ মাচি মানাও অনিনা ঙাংপা সল্লান মুপা সল্লান কাওরেন ৯ ( মাপল ) সলপী ৬৪ ( হুমফুমরি ) নাচিংনা ব্রুমং ৯ ( মাপল ) মাতা মথং মথং মাইকৈ মাসিংসুনা মাতম বারেন কাইভানা সাম্নাপীরে হায়তাপারা ॥ ৩ ৬৮ ।

অরাং লৈনা পাংপারোমকী হিমারু ব্রুমংলেলতি লুপা চুভান'য়ে। । ৩.৬৯ । থোইনৌ মাতা নিপালমাকী সানৌথোম্পী লাইরেম্মানা হাওসি লুচিংলিএ ॥ ৩.৭০ । তম্পা ৬৪ ( হুমফুমরি ) মাসুঙ ( *** ) ফলপী রোইরিপানিকীনা ব্রুলপী পুক্লিং মথেথাং মুংঙাই মথোইকানা হরাউ জোইতাওনারিএ ॥ ৩.৭১ । *পুল্লে নায়োম লকতা চঙনা সিঙপী হাকুপন্নুং সিঙলেল লৈয়াম্নকতা সালথুপ্নারুইএ । ৩ ৭২ । মাল্লেম লৈকক লৈথুলন্নুংতা লোংনারুএ । ৩ ৭৩ । পামেল ব্রুনা পুঙপাপু থিনা থুপ্নারুএ হায়তাপারা ॥ ৩.৭৪ ।

*(১) খৃষ্টগী মমাং চহি ৭৪৪৬—৪৪৪৬—'চৈথারোল কুম্বাবা' । (২) খৃষ্টগী মমাং চহি ৭৫৭৭—৪৫৭৭—"অশম্বা কুম্পাবা অমসুং য়েংথোম শাপৈলোন' । (৩) খৃষ্টগী মমাং চহি ৭৮৫৭—৪৮৫৭ — 'কেগে হারেপ্পা ঙাঙোই লৈশেম্বা' ।

*মতম অহুদদি পুল্লে কৌরম:দ । নিংথৌ থুয়োইতোম্পোকী মতমদা পুল্লে থোনথি হায়বা মথাদা থেনবিগনি ।

অরাংকী কোকলোৎপাপু নাইম্নু পলখোইরাপাতি নাইম্নু পলচল তোলপীশিংপু কাওরেল সলপু সানা কুনহাল্লাপাকা খাপক লেংকাই চলনা ওল্লি সুসম থকতা তোংখৎলাপাকা খুপাক তাপুং খু আসৈ তেরাল সক্লা খিংকু নম্পোল সাম্নারকএ ॥ ৩ ৭৫ । আসৈ মাখোইনা তেরালনারকপাদি,

'সামু খোঙপালতাপানা লেৈম্নে ঙাহল তম্নকএ ॥ ৩.৭৬ ।
নামু পোংনা কাতাপা চিপা লৈচোন কৈথেম্লেলতা
লেৈম্নে ঙারেল ঙায়োলনৈএ ॥ ৩.৭৭ ।
লেৈম্নে ঙাসিং য়াম্নক্লে ॥ ৩.৭৮ ।
চেংলৌ মিৎনাইতাপানা মিৎরেং সানখৈরৌএ । ৩.৭৯ ।
সামু নাকোঙ পালতাপানা না তারৌএ ॥ ৩.৮০ ।
লুক্লেল তূলাই তোংপাপু তারা চাতংলুকুনো ॥ ৩.৮১ ।
য়াংকোই সায়াংথকতা লাংলেল লাংথাকলুকুনো ॥ ৩.৮২ ।
খোক্লাং চৈতোল লাংনা চৈরৈ ফিলাম্লুকুনো ॥ ৩.৮৩ ।
সামু খোসানখিরাপাকী অনি লেংকাই
চৎপাতা হৈনা তুংইম্লুকুনো ॥ ৩.৮৪ ।
তনলা পানপীরেলতা র না রোমহাম্লুকুনো ॥ ৩.৮৫ ।
খোইনৌ য়ীখোইপু খঙলাপারা ? । ৩.৮৬ ।
নাতা য়ীখোইপু সোংকিরাপারা ? । ৩.৮৭ ।
আরা হুইরাং সোনপাকী খুকলু তাংকোইনাপারা ? । ৩.৮৮ ।
হুত্তকনোংকী মাখৈপু নাতা য়ীখোইপু
নাইম্নু পলসিঙলাকুনো' ॥ ৩.৮৯ ।

হায়না য়ুমং কোইনা হায়াও তোইত্তাওনায়াপাকা থামং লাইচা লৈসামথেলডা য়িক সান্তেংলাপাক্তা চোয়নৌ সানা মাঙাল নাইপা ফিরোই মাসিংসুপাপু থায়ায় য়াইপিরেল মকতাপীসিংনা সেংসিল্লাপাকা সলখোম অকম্ আহিংপা চুহি হৈরাংচালসুঙ খোইরাংহি মাসিল থুমখোইপাকা ফুরেল ফুতোই তৈনা কোক্লেল কৈসা খোংনা সানা লংপাচিঙকী কংলা নোংলৈয়াঙডা পুসিলখিরাপাকা খোইমোম পাখংপী পাখংপা অনিমাপু য়ীয়াং খৌখলচারুএ হায়তাপায়া ॥ ৩.৯০।

চিঙথৈ লাইচি পাংপায়োমকী য়ুমংলেলতি য়ুমং সংচু হেনয়ে ॥ ৩.৯১। খোইনৌ মাতা নিপালমাকী মেলৈখোম্পী লাইরেম্মানা হাওসি লুচিংএ ॥ ৩.৯২। ভম্পা ৬৪ (ভুংফুমরি) মাসুঙ লাইচা য়ীরুংহলপীপু য়োইরিপীনিকীনা লাম্পী লৈসাংখেল থাম' য়িরিক লাইতা চোয়নৌ সানা পুক্লাংচালপু পুল্লং নাকতা য়েপ্পা চেনথাখিরাপাকা সানা ফিরোই লমঙালপাসিংপু লৈরাই মুংপীথকতা থম্লাপাকা লেম্মৈ ঙাকী পান্তমকুম লাইচা য়িরোলন্নুংতা য়ীসিংকী কোকলোৎপাপু হারাউ তোইতাওনাখিএ হায়তাপায়া ॥ ৩.৯৩। লেম্মৈ ঙাপু য়োইনা মাল্লেম লৈখুলন্নুংতা সালথুপ্লারুএ ॥ ৩.৯৪। লৈখোম লৈরিকন্নুংতাসুঙ লাইচা য়ীসিং য়োইনা য়াওয়া য়িরোলন্নুংতা সালথুপ্লেএ ॥ ৩.৯৫। লৈচিল সিকায়কতা লোংলমএ ॥ ৩.৯৬। য়ীসিংকী কোকলোৎপাপু নাইমু পলথোইনাডায়াপাকী লাইচা থিলপেক্লানা য়ীফু য়ীচাইনারাক্লে ॥ ৩.৯৭। সামু হাকথেং কংনা লৈখোম লৈতাল তৈনারক্লে ॥ ৩.৯৮। লৈখোম লৈতুম তাতুনা খোংকেল লালসোক্লারক্লে ॥ ৩.৯৯। থায়ায় য়াইপিরেলসিংনা

হারাও লালসোক্লাপাপু মাতিক ঙমখৈ লৈতে ॥ ৩.১০০। তম্পা হাওসি লুচিংপীনা থৌখাম্পাপু থৌখাম ঙমতারাপাকী মাসাপী হৈরোম সিতাপানা মাসানৌ কঃসানা মাপুরেলতা খুৎকাং চেপ্পা লোলনা রাকৎচাখিএ, 'হে য়ীপুংঙ, থারায় য়াইনিংথৌ তাঅও! হিমারী রু মংলেলতাকী তম্পা য়াইরুংচ লসিংপু লাইচা পাসানাপাতা হল্লাং পুম্না থৌকাওনিক্লে। ৩.১০১। তম্পা হাওসি লুচিংপী মেল্লৈখোম্পী লাইরেম্মানাম্নঙ থৌখাম ঙমতরে হ'য়না পুনেমচারাপাকা কঃসানা মাপুরেলতি মেল্লৈখোম্পী মাহিথেলপু য়েল চাল্লক্লে হায়তাপারা। ৩.১০২। তম্পা মেল্লৈখোম্পীকী সারেল য়েৎলম লাংনা রাইথুলারাপাকা লাইচা পাসানারীপীসংকী থারায় মামিরেলপু পুয়া খোম্লাপাকা তম্পা লুচিংলিপী তম্পা মেল্লৈখোম্পী লাই-রেম্মাকা ঙাইরোইনানা হিমারী রু মংলেলকী চোয়নৌ সানা সঙ-কাইরেলতা পুসিলখিরাপাকা তাইপঙ পুম্নামাকী থারায় লানপিথৌ থুমেল মাপুঙ ফাপাপু হারাও তোইতাওনাহৌরুয়ে ॥ ৩.১০৩। থৌরন মন্নং চলপানে। ৩.১০৪। লাইরিক্লিঙতা চলনা তেংথা ঙম্মারোইএ ॥ ৩.১০৫। কুরু মাপাওতাক্লে ॥ ৩.১০৬। থৌরম মাখৈ কংনা তেংথারমতে হায়পাকী লঙচা মাখৈ লৈতাপাপু হে য়ীপুংঙ মিপোক য়াইকাপা নঙখোইনা ঙাকপিঙাম ও ॥ ৩.১০৭।

আসাইঙৈকী লাইচা য়িরেলেম্নুংতা পাওসা তোইতাওনা রিপীসিংতি চীঙঙ মাপুরেলনা তম্পা থারায় মামিরেলপু সংকাই মাকোনলোইতা পুসিলপিরম্নাপাকা কংসানা সানৌ মাচি মানাও অনিমাম্নঙ থারায় রু মংলেলতা হারাও পাওসানারিএ হায়তাপারা।

। ৩.১০৮ । লাইচা পাসানাপীসিংস্তু থান্নায় মাতুং য়িলনা সঙকাই মাকোনলোইপু তালনা চেলসিলনাখিরে ॥৩ ১০৯। হৈয়োম সিতাপা সানৌ মাচি মানাও আনিমাস্তু কাওরেল সলসেলহলপা মালপী সলঙাক্লোইসিংকী হাওসি ঙমচিংপিরুরে হায়তাপান্না। । ৩.১১০ । আতুনোংকী মাখৈপু পোইরৈ মৈতৈ লৈপাকতা কাওরেল সলসেলহলপাপু থৌরম মারুওইনা তৌনারকপনে ॥ ৩.১১। চিঙন্নুং তা'রী খোংনা কাওরেল সলখোম্নাপাপু হান্নাও পাওসানারকপানে ॥ ৩.১ ২। মালপী সলসেলহলপাতা চাপোল চারু কংপাপু থৌরম অতুঁঙকি মাখৈপু হৌনান্নক্লে । ৩.১১৩। কাওরেল সলসেলহলপাতি থান্নায় লুচিংলিপা মাহাক্লে ॥ ৩.১১৪। থৌরম চন্না নিঙকারোইএ ॥ ৩.১১৫। মান্নেম লৈনিংথৌ মহাক্না তুন্নং লংলা পুনকুম রায়েল ঙমতান্নিপাসিংপু কাওরেল সলসেলপুঙপু তালখিরাপাকা মালপী সলঙাকহলপাপু রায়েলনাহান্নক্লাপানে। । ৩.১১৬। কাওরেল সলসেলহলপাকী থৌরম আয়োনপাপু লৈন্নাপাস্তু রান্নক্লাহৈতারে হান্নপাকী মান্নেম লৈনিংথৌ মহাক্না চেৎনা ঙাক্লান্নক্লে । ৩.১১৭। লৈপাক তুংঙালপাসিংতা কাওরেল সলসেলহলপাপু সোঙনা লৈতাপানে হান্নতাপান্না ॥ ৩.১১৮।

নোংপোক পুংয়াল লমকী সিমান্নী র়ুমং নিঙথিপা হিংঙোন চুতানাপাতা লৈন্নিখোম্পী লাইরেম্মনা খোইনৌ মাতা ৮ (নিপাল) মাতাকী হাওসি ঙমচিংলিয়ে ॥ ৩.১১৯। চৈন্ন কীরুংহলপীনিকীনা লংলো লংলম য়েংনা কাপান্নং তুনানপীপু আঙাঙ আমু সঙ য়ীয়োং কোংঙিং থাং স্নুনা লংলৌ থন্না চৈন্নৈ ফিলানাপীএ ॥ ২.২০।

চোয়নৌ সানা কোনলাং চাগনা তাওখঙপা য়োঙকম পালতোল খুডিঙ তম্পা য়াষ্টয়ংচালনা পয়েং তেমখিলনাএ। ৩.১২১। কাঙপা লাংডোং খুনঙয়ে লাইসম চুমপুন মাঙালনাইপাপু য়োঙকম পালকোই হেনএ ॥ ৩.১২২। শাংকা সারিক চোমচাও থাংপানা চিঙমুং হারি খোলকুম মুংনৌ পুক্লিঙ হুপাপু রুমং পুম্না নিলএ। ।৩.১২৩। খোনসেল য়াইখিপাপু পুম্না নাতাতে ।১২.১২৪। লৈরিখোম্পী লাংয়েম্মানা য়াহয়কএ. 'হে খোইনৌ চালনায়োইসিংও ! লংহং সাসাপীসিংকা লংলা কিয়োনপী লুপমুঙ চৈরৈ কিয়োই-হালপাপু নাইমু পালচল তালনা ও' হায়থারাপাকা য়ীয়োং কোংজিং থাংপীসিংনা চৈরৈ কিয়োই হাল্লাপাকী লংলা কিয়োনপীসিংকী চৈরৈ কিয়াম খোম লংলা কিয়াক সেংনা খোইয়ুম লাইকাথিপীপু সালনাএ। ৩.১২৫। কম্পী কম্নাংচালপু কমতেং মঙল নাইএ। ।৩.১২৬ থকখল কাকঙ কিয়োল খলনা হুয়াঙ পাওসানারি এ। ।৩,১২৭। কিয়াল লমহাই নাই তারেং মানিল নাই য়াংলেল মায়াঙ হো সারক পাই পুয়োনপা পুঙনা সাসম পুপাকী মাখোল চিঙখাঙ লানপানা রুমং পুম্না নিলনা হুয়াঙনারাপাকী কংসানা মাপুয়েল সানৌ মাচি মানাও অনিমাতি পোংলোং সারিপা খৈপিকপু হুখিরা-পাকা খোইমা নায়োলমুং পামেল রুথুং আতোংপা মাল্লেম লৈথুল মুংতামুঙ লোংলমলুয়াপাকা সানৌ মাচি মানাও অনিমাতি তনলা রুতোলথকতা তোংনা মুংঙাই কুমহৈ য়েংলিএ ॥ ৩.১২৮। থায়ায় সক-মায়োন সিংতি তম্পা মরাংহো চেংলৌ থামিং থক্কা মাতা কানা অমাতা হংলুএ মাতা কানা অমাতা নিকুএ,' খোইনৌ নঙপু তোকুনো,

রিভা থুনা পি ও ।। ৩.১২৯। চালনায়োই নওপু থুম্নাকুনো।
। ৩.১৩০। মিনম থুরাল তম্না লাইকাথিপীপু কান্নিকী হুথিপানো'।
। ৩.১৩১। মাতা কানা অমাতা নিরুএ ।। ৩ ১৩২। নিয়াই রায়োওমানানা থুরাল পাওথংনারক্রে । ৩.১৩৩ কনচাও মৈরা খোকপানা সামু হাকথেং কংনারক্রে । ৩.১৩৪। সায়েঙ পাসপু চিং সম্নাং তোলকা লাক্না তাওচা সমচিংননা থুপাক চৈথানারক্রে।
। ৩.১৩৫। চুপা নাহুম তম খাচাই চাইরুং লমতা চৈথানারাপাকী পাওসা অথিপাপু খৌথাম্নাপাকা থিওলৌ নিওনা তেনা হুলরাইরক্লাপাতা তম্পা লাইরেম্মাসিংপু থারায় হরাওখৌম্নও খৌরম মাতোল লোম্নাথিরে হারভাপান্না । ৩.১৩৬। চৈরৈ ফিরোই নিংথিপাপু সানা সেলপাক থকতা হাপনা চীওঙ মাপুরেলতা খৌথঙ যোইথোলনারিএ ।। ৩.১৩৭।

. মৈরম লায়চি পাংপাবমকী থামরি র মং মুংওাইপাতি র ং পুম্নামাপু খাম্পী মৈরী চুতানাএ ।। ৩.১৩৮। রমং মাপুকমান্নুংকী খোইনৌ মতা ৮ (নিপাল) মাতা মিরেলখোম্পী লাইরেম্মানা হাওসি লুচিংলিএ ।। ৩.১৩৯। তম্পা মাঙাইরৈ ৬৪ (হুমকুমরি) মাকা ভাইরোইনানা তাওচিঙ হৈরুংপী রোইরীপানিকীনা হৈরাও অমুল খন্না হৈহেক্লাপাপু তান্না চয়োম চেমএ ।। ৩.১৪০। পামেল ররক চঙনা চিঙ রাইথু রোংনাও সাথিপাসিংপু থৌনেকথিএ, 'হে! রোংনাও অকনপা লৈরীনাহা ভুপোনপা নওখৌইপু লাও ও, তান্না চারোম্নকএ' হায়না পাঁওকৌরাপাকা রোংলেল মরাইরোং ককয়োং মারৈঁ কাওনা চেনসিলনায়ক্লাপাকা তান্না চারোম্নকপাপু কাওরেল

সলখোম অহিংপাকা য়োংলেল মাঙতা থানা তারাচাপিচারে। ।৩.১৪১। ককয়োং মপুক থলনা লাইচা য়িয়োংলাপাকা থুংকাং চেপ্পারোলনা য়াকৎচখিএ, 'হে তম্পা লৈমারেল সিডাপী ও! খৌরম করি লৈপাকী পাওকৌপানো ? ।৩.১৪২। নাতাইরেম য়ীখোইকী চিনচাক মামল ফংনাপা লংখুমচায়মকে' হায়না য়াকৎখোলকী তম্পা লাইরেম্মাসিংনা য়াহুমখিএ, 'হে য়োংলেল পাংকনপা তনলা রুকৈ চোংনা পামেল রুতোল হৈপা নঙখোইপু পামেল রুতোলথকী তাওচিঙ হৈহেকপি ও চ্ছায়পাকী কক-য়াং নঙখোইপু খৌনেকপানে। ।৩.১৪৩। খোইমুম লনসা হৈনে ।। ৩.১৪৪। য়োংলেল পালকনপা নঙখোইসুও মাহে মাঙকাতাপাপু তালকংচাওঙনে' হায়থারাপাকা ককয়োং মামৈ কাঙ য়োংলেল মারাইরোংনা তনলা পমসিংনাখিরাপাকা হৈরাঙ রুতোল থলনা তাওচিঙ হৈহেক্লারে ।। ৩.১৪৫। হৈরাঙ রুতোলথকী যাল্লেম লৈতা থাতারাপাসিংপু তম্পা লাইরেম্মাসিংনা চৈরৈ কিথাও সানা তাওচিঙ হৈথুম্লাএ। ।৩, ১৪৬। হৈরাঙ চেনলাক্লানা তাওচিঙ হৈথুলনায়ক্লে ।। ৩.১৪৭। খোইনৌ নঙকীনা খোইনা য়ামখিরে ।। ৩.১৪৮। য়িতা নঙকীনা তাওচিঙ হেল্লনা মুলএ ।। ৩.১৪৯। হৈরাঙ হৈথুম্লানা তাওচিঙ হৈ য়েলনাখিসে হায়না চৈরৈ কিথাওলুংকী খোইনৌ চেনলাক্লানা মাতা হৈমুলনায়ক্লে। ।৩.১৫০। কনচাও য়ারোঙনানা সামু হাকথেং ফংনায়ক্লে ।। ৩.১৫১। সিনৌ লাসিং তিনকুম নৌখোইপীসিংকী সামু মাহাকসাংতা পামেল রুসা থেক্লা রৈনায়ক্লে ।। ৩.১৫২। তম্পা লাইরেম্মাসিংপু রুনা মাইরেঙ হোকুম্না রুমং পুম্না থলসিল্লক্লে ।। ৩.১৫৩। তাঙচা মাসম

লাক্লা মাল্লেম লৈতা চিংথুনারাপাকী সম্লাং কাধানানা মাল্লেম লৈতা রোনলাপাকী রু ফুল নোংলৈ পক্লা পাওসা তোইতাওনারিঙৈতা কংসানা মাপুরেলতি চেংলৌ মিৎকুপ মারমতা কাওরালাপাকা খোইমোম লাইরেম্মাসিংকী তম্পা মাসিঙসুনা চৌঙডু মাহাকসাংপু খোকহাল্লাপাকা খুৎচেং হংচি লাক খুৎপী কারোঙ রায়না সামু খুৎসম্লারাপাকা ঔকারি হংকেল সক্লা থারায়কী কুমহৈ সালনাপাপু লোইতাম থাপুম অছম শুনা রুলপীপুক্লিঙ নিঙসিংপাপু লৈতারাপাকী মাসাপি হৈরোম সিতাপানা খোঙকুল লিরক্লাপাকা তম্পা মারেন হাঙতানা রামঙাল্লাপাকী চৌঙডু মতিক য়েংনা রুলপী পুক্লিঙ ওক্লে ।। ৩ ১৫৪ । 'হে য়ীপুংঙ থারায় রিমীরেলকী কাসা য়াইনিংথৌপু কাতায়নো ? । ৩.১৫৫ । নাভাইরেম ঐপু পুক্লিঙ সালখঙনাপা চৌঙডু নাসক অরেপ্পাপু পাওতাকপিরো' হায়না পুনেমখোলকী কংসানা য়াইনিংথৌসুঙ তম্পা লাইরেম্মাসিংপু সালখঙহলতানা সানৌ মাচি মানাও অনিমাপু লোইরেল খুলপীরোকপু কালনাচোংনা কংলা নোংলৈয়াঙপু য়ীলতাল্লক্লে হায়তাপারা ।। ৩.১৫৬ । তম্পা লাইরেম্মা-সিংসুঙ রুলপী লৈনা নিঙসিংলক্লাপাকী মাতোম মাতোম রাহল্লাথিএ, 'খোইনৌ য়ীখোইকী হারাও পাওতোয়নাপাতা রুলপী পুক্লিঙ চঙপিরাপাকী চৌঙডু মাহাক য়াওনা হারাও থৌতমপিলাএ' হায়না রুলপী পুক্লিঙ পেম্লারে হায়তাপারা ।। ৩.১৫৭ । হৈরাঙ আসং য়েং তাওচিঙ আমুল থল্লা চোয়নৌ সানা সেলপাক থকতা হাপনা কংলা নোংলৈয়াঙপু তালনা পুসিলথিরাপাকা থারায় ললতালনাক্লে হায়তাপারা ।। ৩.১৫৮ ।

নোংলেম থানা পাংপারোমকী লিমারী ৱ্ মংলেলতি ৱ্ মং পুয়ামাপু লাইচা য়িচু মালএ। ৩,১৫৯। সংলেলথোম্পী লাই-ৱেম্মানা খোইনৌ মাতা নিপাল মাতোকী হাংসি উমচিংলিএ। ।৩-১৬০। তম্পা ৬৪ (চমফুমরি) মাপু ভাইরোইনানা সিংলেল নমলা অনিমাপু লৈৱাং লৈরুংহলপীপু ৱোইয়ীপিনিকীনা নোংজং পায়া চেম্পি লোনা সালসেম্পা তায়া চেঙচামসুকপু সামু লেংতোল য়াল তাঙগা লুতা খোংনা সিঙলেল লৈথিনা লৈৱাং লৈহেক্লাপাপু তনলা অঙনপা পামেল ওৱেম-পাতা ৱোঙপা মেলৈ লৈসা লোঙচুম্পালপু সিঙলেল লৈহেকপিনাপা থুমু চিঙসোং লয়েমাপু থৌনেকথিএ। ।৩,১৬১। থুমু চিঙসোং লয়েমানা পাওথুমথিএ, 'তম্পা য়িপেম্মা নঙখোয়পু পোলপী য়িয়া থৌতে চেক্লা য়িথুং পালতে সিঙলেল কারম লৈথাসিপানো লৈৱাং লৈহেকঙমতে' হায়না পুনেম্লকএ। ৩,১৬২। 'চিঙ য়াইথু য়োংনাও, য়োংনাও নাহা ভুপোনপা নঙখোয়পু লাও ও। ।৩-১৬৩। পামেল ৱ্ তোল কানা সিঙলেল লৈ থাতাপিয়ো' থৌনেকপাপু চিঙ য়াইথু য়োং-নাওসিংনা য়াকৎচথিএ, 'হে তম্পা লাইৱেম্মাসিং ও। নাতাইৱেম য়ীখোয়পু চিঙঙ্ থানা চাওপাকী য়াথং মিচৈ য়াপু লৈএ। ৩,১৬৪। সিঙলেল পাওকাৱৈ লৈৱাং লনসালৈপু সোকলুয়াপাতি য়োংলেল নায়া কুমও ককয়োং নাথুং লোয়া লায়থুং চুরুং নিকও হায়না মিচৈরম্পাকী খোইয়ুম মাসাল কীএ লৈৱাং লৈহেক ঙয়োই' হায়না পুনেম্লাপাকা পামেল ৱ্ ৱকমুংতা চেনসিলনাথিয়ে। ।৩,১৬৫। কাংঙা চেকয়োমথোকপু থৌনেকথিএ। ৩, ১৬৬। কাংঙা চেক্লিংথৌনা

সিঙলেল চুনাপা লৈরাং লৈমুংসি মেয়্রৈ লৈস্না লোঙচুম্পাপু সিঙ-লেল মাসিঙ লাকঙমতানা লৈরাং লৈথারক্লাপাকী সিংলেল লৈমুলনা লৈরাং লৈরাক্লানা হারাও পাংসানারক্লে ।৩.১৬৭। সিঙলেল লৈমুংনাপাকী ভম্পা পাকচেম্না খোয়নৌ পাকতাংনারক্লে।।৩.১৬৮। বুমং পুম্না থলনা য়ামসিল্লক্লে। ।৩.১৬৯। ভম্পা সংলেলখোম্পী লৈমা লুচিংপিনা খৌখামখিএ, 'হে খোয়নৌ য়িতা কুচালনাপি নঙখোয়পু য়াচঙ নারলখৌকী চিঙঙ য়ীরাংখৌপু খেঙলাউনে চিঙঙ য়িরাংলৈপু সেংলুলাসে' হায়না খৌখাম্নাপাকা মোংপা মাহিখেল খামং য়িরিক লইতা রিক সাম্তেংলাপাকা চোয়নৌ সানা মাসঙকাই সঙকাইমুং মুংপালতা লৈরাং লৈরেংনা সিঙলেল পরেং লৈপু চোয়নৌ সানা সেসপাকথকতা সিঙলেল লৈয়াম পুনা কংসানা মাপুরেলতা সিঙলেল লৈকংলাপাকা লৈরাং লৈথোন লীক্লিনা পারেং খারোরৈএ। ।৩,১৭০। সমতারৈ লিয়েংননা খৌখল য়োয়খোলনারিএ হায়তাপারা। ।৩.১৭১।

সলখোঙ লায়চিরোমকী অকমারী বুমং নিংথিপাতি কাচেং থাঙচু মালএ।৩,১৭২। বুমং মাপুক মাঙ্গুংকী খোয়নৌ মাতা ৮ (নিপাল) মাতাকী নোংঙীলখোম্পী লাইরেংনা হাওসি লুচিংলিএ। ।৩,১৭৩। মাতা ৬৪ (হুমকুমরি) মাপু ঙাইরোইনানা তারা চেঙ-লুথপিপু রোইরিপানিকীনা সুক্লেল মায়পাকপাতা সুকমু লৈতম কেলনা তারা চেঙচোইনারিএ। ৩,১৭৪। য়ামেল য়ামকুপ জুপীক্লঙ সুকমু তোলতাঙপাপু সুক্লেল খাঙকপ লাক আসৈ তেরাজ সক্লা ভমপা য়াম মুরিপিস্কিকা মাইয়ু পালচক ভালনাখিএ।৩.১৭৫।

তাম্রা চেঙচোইপ্পিশিংনা নাইন্থ পালথোই হাম্লাপাকী তাম্রা চেঙচোই থৌম্নও তম্পা য়ামন্থপিশিংনা থৌরম মাতোল লোম্লা থৌরাঙ-নারক্লে হায়তাপারা। ৩ ১৭৬। তাম্রা চেঙ মাচং মাংলৈ তাওপা হুইরা মালপা চেঙপু চেঙচা মায়ঙৌ য়েংনা য়াম্লেল য়ামকুপ সেমতম্পা লুথোং পুনা গোয়নৌ সানা লংপা চিঙপু তালনা পুসিলখিরাপাকা লাকোয় হৈরাংচাল চিন্নী থুমথোইপাপু য়াওনা সলথোম য়ামতোং-লপাকা তনলী মায়পাকপা তনপী লুচিংপা তনলী মায়চাম্পা স্নন ক্রামলাওপী তনলেল অকুম্পা কোনলোয় খুসি মালপাকা তনলেল মায়কোৎপাম্নও তনপী তম্লাও- তাম্নও তনলী কারোঙপাকা থোইপাক থোইতুং সাপানাচিংনা য়াম্লেল তনহৌরাপাকা চোয়নৌ সানা সেলপাকথক্তা তনলী মাথন তৈনা হাম্লাপাকা চীঙজু মাপু রেল রংসানা লৈমারেল অনিমাতা কংনা থারায় লনসানারিএ হায়তাপারা। ৩.১৭৭।

নোংচুপ পুঙয়াল লমকী থামারী রুমং মুংঙাইপাক্তি হিংঙোন চুতানাএ। ৩.১৭৮। থোয়নৌ মাতা ৮ (নিপাল) মাতাকী হিংলেল-থোম্পী লাইরেম্বানা হাওসি লুচিংলিএ। ৩ ১৭৯। মাতা ৬৪ (হমমু-মরি) মাপু ঙাইরোইনানা সংলৌ য়েনলুংপিপু রোইরিপিনিকীনা নোইন্থ থুমচা মায়ঙৌপিকা সংলৌ মাথন তৈ. য়েনলাং নৌথোই-পাপু সংলৌ য়েনথিনাএ। ৩.১৮০। য়েনলম মাসিঙমু হারাই মুঙয়াই তক্লা সালসেম্লাপাকা চীঙজু কম্পীরেলতা পুসিলখিরাপাকা য়েনলাং য়েনলম মাথেল তৈনা চীঙজু মাপুরেলতা য়ীরাৎ থৌখল-চারিএ হায়তাপারা। ৩.১৮১।

লিক্লম লায়চি পাংপাল্লোমকী য়ুমং চিকথোইপাতি তম্পা য়াইরংচালকী য়াইচু মাসক মালপাতা য়াইরেলথোম্পী লাইরেম্মানা খোয়নৌ মাভা ৮ (নিপাল) মাভা হাওসি লুংচিংলিএ । ৩.১৮২ । তম্পা ৬৪ (হুমকুমরি) মাপু ভাইরোইনানা সামু হাকথংননা খৌখল য়োইথোম্নারিএ । ৩.১৮৩ । খুয়া লৈশাঙ সেংপা খুপোম তোংয়াই সিংপা খুচেং হংমিং লৈনা খুৎতোল ভাংপুন থেক য়াংলেন তো সা নম্না খৌখল যোইথোল তৈরিএ হায়ভাপান্না । ৩ ১৮৪ ।

কংশা সঙল্লেলমুংকী লৈরোং মীমাযোন তারুকমাতি তম্পা সকমায়োন লৌশিংপিনা হাওসি লুসিংপিপু য়োইনা নোংতম রায়েল্লিএ । ৩.১৮৫ । রং সানা লৈশারেলকী খোয়নৌ মুংচাংনারিপি মাহাক্নে । ৩.১৮৬ । আপাম তৈশায়োলশি কা সংতাই লৌনা পানা তপতাই লাম্পাতা তম্পা মাথৌখলপু য়োইনারিএ । ৩.১৮৭ । থুয়েল শিক্লায়োলতি তারা চাথোং খৌকী লুক্রেল মাঙতা থানা য়ীরাং খৌখংনারিএ । ৩.১৮৮ । পাযমা শিংম যোশতি মোল্লাং তপ্তাই থাপাকী থপসীং মায়োল যেংপাশা লৈমা মাথৌখলপু য়োইনৈএ । ৩.১৮৯ । লৈমা চাশায়োলশি সানা মাথোঙথাকী থাংলো থম্পাল মালপাতা তম্পা মাথৌখলপু য়োইনারিএ । ৩ ১৯০ । মুংয়োন পুর্কাংল য়োলতি থান্নায় লিকী থৌতা যাঁরাং পুনেংচারিএ । ৩.১৯১ । থান্নায লৈরোং তারুকমাকী সেলচা মাথৌখলতি মাতৌ আম্লম য়োইরিপানে । ৩.১৯১ ।

তম্পা মুংসিয়োলস্তু লৈমা ঙংনৌযোলকা খোইয়াং চুসিল-য়োলস্তু লৈরোং অংম্মাকী সাসেল মাথৌখলপু খৌরম মান্নুংচলনা

হুলসিলখিরাপানে। ৩.১৯৩। হে! নোংপাল সল্লাইহলপা ও মাঙাং ঐনা যারম কিখৈলোম্না পাওতাক ঙম্নারোইএ। ৩.১৯৪। আতিং কেংক কুক্নরেলনা কংসানা মিংথৈরেলপু কৌনা থৌরম অথুপ্পাতা থাব্রাথমিরেলহুংকী সালনা কুমহৈ থোকহল্লাপা অসিপু লাইচা যিরেলপুংকুম মারোল অহমস্নুনা সুপথাখিরাপাকি লৈব্রাং মাতম মালকুমএ। ৩.১৯৫। লৈরোল নোংলোল অহুম্মানা মিংল্লেং সান-থৈরাপাসুঙ পংম্না সালখঙ ঙম তারাপা রানে। ৩.১৯৬। সিঙলেল যোইথম্পাগ থম্পাল লৈরিক থুমথোইপাকী পাওতাক সেংথোইপাতি থৌরম আস্নম বোইরিপানে। ৩.১৯৭। পাওতাক অমকপা পোংসক অমাংপপু লৌরূসাকুনো। ৩.১৯৮। চীঙঙ্ মাথৈকে ঙাকপা পুম্নামা-সুঙ খোইরম লাইসাখি অসি থৈপিকতা পুক্নিঙ চোইসাক্নকুনো। ৩.১৯৯। অসিপুং যাঙোমতে। ৩.২০০।

থুব্রা চিথেক্লোমকী সনথোঙ লায়চি থংপাতা কম্পী কমতং য়ানা থম্লিপা সারোট নুচিংলিপাপু পুক্নিঙ মামাল লৌরূকুনো। ৩.২০১। লাইনিঙ মারুকথাকসুঙ তংলুকুনো। ৩.২০২। সারোয় মাপারিপু রোইনা পোকলুইঙেনে। ৩.২০৩। মাঙসোক লপয়াল-কাতা মাল্লেম লৈফ লৈকোম ভোনা সিঙলেল লৈরোংমাপু হুলয়া লাইনিঙলুকুনো। ৩.২০৪। মাল্লেম লৈপাক লৈমাকী য়াথং মিচৈথোলনা কোয়্লেল ৮৪ ( মরিকুমরি ) মাতা তারুইঙেনে। ৩.২০৫। পামেল বুতোলথকতা যারাল হুংবোইনারিপা তনলা বুসেলপা পামেল বুঙাকলাসিংপু খোইয়ুম ক্রোহনপাকী মাসালবোয়ে হায়না লাইনিংকুনো। ৩.২০৬। চীঙঙ্ অবোংপনে লাইয়ক তম্নালাইপু বোইনা পোকলুইঙেনে। ৩.২০৭।

নামু মীবোইস্নপা ঙমতান্নাপাকী থাঙজি তুকুমপাপু চিংসাংনা লোইমোমকুম হামকংনন্নাপা অঙাং মাসক ন্নোইনা মরেল পীপূকন্নুংতা মাতোম পূনচান্নাপাসিংপু থোইযুম আপুম্পী আমুম্পানে হায়না। মপাক ভাপু থূনা হন্নাও তোইতাওনাবিপাসিংতো লইচ' সাস্তেংতাপাতি ভান্নি মাল্লে কাইসকুনো ৩.২০৮। তৌযিকুম সাথে মচেঙ-পাচামাকী থোইন্নম অপোকপাগি ছন্নালকাতাপাগে ৩.২০৯। সাথৈ থোঙচিন লালনা পোকলুইনে। ৩.২১০। মাথাই স্নমেরুপু ভালনা চিংসিলপিন্নম্নাপাকা ন্নান্নম অতাঙপাপু পাওতাকপিবমএ। ।৩.২১১। থৌন্নম অসি থওনা ন্নুলপী লাইনিংসিঙনা তাচাঙনে। ।৩.২১২। মাঙাং কুরুরেল চিপা মংলেনকোইপাকী কোলোম মাপাওতাক অন্নেম্না মাহাক্লে ৩.২১৩। হে! লইরেল মৈতেংঙু পামহৈপা ও! নাপোইরৈ সানাপুঙকী ন্নান্নম অন্নোইপা থৌন্নম অতাঙপাপু আম্নম পাওতাকপিন্নমএ। ৩.২১৪। অসিস্নঙ মাতোমতে ।৩.২১৫।

নায় নোংতা লাইরেল পাথংপানা কংসানা মিংলেন কোনা ন্নুমং ৯ (মাপল) মাতা হান্নাও পাওতোইনান্নাপাপু চহি কুমসিঙ* ৮০০০ (লিশিং তরুক স্নুনা ছৌথিন্নে। ৩.২১৬। চহি মাসিঙ

* (১) খৃষ্টগী মমাং চহি ৭৪৪৬—১৪৪৬-'চৈথান্নোল কুম্বাবা'। (২) খৃষ্টগী মমাং চহি ৭৫৭৭-১৫৭৭-'অশশ্বা কুম্পাবা শননুং ন্নোংখোম শাগৈলোন'। (৩) খৃষ্টগী মমাং চহি ৭৮৫৭-১৮৫৭-'কেপে হারেম্না ভাঙোই লৈশেম্বা'

* ৮০০ (চানিপাল) ভাপূ নাঙায়রাপাতা মাল্লেম লৈপাক ঙাক-পীনাপাপু চৈঙঙু পুরৈহলপাকী খোইন্নুম মাথৌথানা লৈন্নং † পোইরৈতোলপূ মাসানৌ লৈমা লৈনাওভাপীকা ঙাইরোইনানা ভাইপঙ নোংসপালতা খুলথোক্লকওকী রারন অথাম্পাপু রাম্নি পলভোল লোম্না তেংথারম্নারোইএ। ৩২১৭। পালতম খচিকতাপু রাহল্লকে। ৩২১৮। মীপোক মাইকাপা অহল খোইন্নুম লাইরোই-পাঙ্গিও! নঙথোয়পূ রলপী পুক্নিঙ তপ্পা না তাপি ও। ৩.২১৯।

---

* (১) খৃষ্টগী মমাং চহি ১৪৪৬-'চৈথারোল কুম্বাবা'। (২) খৃষ্টগী মমাং চহি ১৫৭৭-'অপম্বা কুম্পাবা অমসুং য়েংখোম শাঙ্গ-লোন'। (৩) খৃষ্টগী মমাং চহি ১৮২৭-'কেগে হায়েপ্পা ঙাঙোই লৈশেম্বা'।

† 'পোইরৈতোনসুং খুন থোক্লকয়ে। থাদি ইঙেন থানে, মম্ফিংদি সেনথৈরেননে।'—'লৈখক-লৈথারোন'।

হায়ি হায়া হে। ৩.২২০। আসাইৱেকী চঙঙ্ পুরৈহন্পানা খোইয়ুম লায়খুল য়াইকাপ্পাপু পাওকৌখিএ, 'হে! লায়খুল য়াইকাপ্পা নঙপু সারেল সা গোকপা তোকয়ু মৈসাংপা সাপী য়াম্মা তোম্পাকা রাপা চেংঙাচা আহম্মাতা নারৌ খোয়পুম লৌনা চাওনা তিঙতিকয় নাওরোনলাপাকা য়াওরো য়াওসাপী খুলপী য়াঙখিসাপু থমহুং মখোওচিত্তা থৌসিচিসও" হায়রাপাকা লায়খুল য়াইকাপাম্নঃ ক্রেং য়িখোল্লেলপু য়ীলতালখিরাপাকা য়াওরো সা তোকপকী রুপী খোইখৈ হুংতা চোংসিলখিরে। ৩.২২১। গোকয়ু মৈসাংপীতি পুক্লিঙ মখেয়াংনা রাপা চেংঙাচাপু তোকপা মাচিনচাকপু য়োইনা য়াওচারাপাকী য়াওরো য়াওসাপী সাপী য়াম্মা তোম্পাতি পুক্লিঙ আকি চঙলাপাকী থমহুং মারৈপাকপু য়িলতালখিরে। ৩.২২২। আসি খুয়ায় নিংথৌরেল খোংঙাইপা য়ায়েল চুম্পাপু পাওথেম্নাপাকী মাসানৌ পোটরৈতোলকা লৈমা লৈনাওতাপীপু ঙাইরোইনানা তাইপঙ নোংসাপালতা য়াঙনা খুলথোক্লক্লে হায়তাপায়া। ৩.২২৩। নোংয়াই য়াইকোল্লেলতা মাল্লেম খুল্লিংথৌপু য়োইনা লৈপাক পুম্নামাপু লমচল্লমএ। ৩.২২৪। চানা থক্লা মাসিঙতু, খুৎহৈ সিলহৈপানাচিংনা থাবায় মাসিঙ লাখা ৬ (তরুক) হুনা ঙাইরোইনারকএ। ৩.২২৫। খুতুৎচক লাংপাচক অনিমাতাল্লঙ খুৎহৈ সিলহৈপানাচিংনা চাচাক চাম্বি

চাহাও ম্লেলখিক মাসিঙ ম্রাংতানা সালসেমঙায়ে হায়বতাপারা ।৩.২২৬। লৈম্নুং পোইরৈবোলকা লৈমা লৈনাওভাপী সানৌ মাচৈমানাওম্নঙ পোইরৈ লৈপাক ঙাক্লা লৈঙামখিম্রনো। ৩.২২৭।

আসাইচৈকী খোইয়ম মাসাপি হৈরোম সিতাপানা সামু থংচপ্লানা ৱাহমলিএ, 'হে ম্রীপুংঙু থাবায় ম্রীমিরেলকী কাসা য়াইনিংথৌ তাঅ্া-ও। ৩.২২৮। হায়ি থুম্নুং লাংপা চকৌ চক অহুম্মাপু মাতোল লোমখিরে। ৩.২২৯। কোলনা চক অকোলপাপু চাহি মাসিঙ *১০০ (চানিপাল) স্নুনা চুক মাচিন ৱায়সিল্লক্লে ।৩.২৩০। চিঙুনু ননোংতমপু থোৱম কারম রোইরিপানো?' হায়না ৱাহমখোলকী কঃসানা মাপুরেলনা হায়থারকএ, 'হে সাপি হৈরোম সিতাপা। নঙপু লোইরেল থুলপীরোকী সানা লংপা চিঙপু ঙাকঙাম ও' হায়না ৱাহম্লাপাকা মাসানৌ ঃসানা লৈমারেলকা ক্রৌ নোংলৈপাকপু য়িলতালখিরে হায়তাপারা ।৩.২৩১।

চীঙঙু কম্পিরেল আথোইপাতা ক্রৌ নোংলাংপালকী চীঙঙু মহাম্লাংপু চোয়নৌ সানা মৈথাঙকোনকুম মাঙাল আম্লাপাপু লাকঙমভাবা সায়েঙ মাতালপোম ৪ (মরি) মাতা তায়ং থাঙকোইয়াঙপা, থম্পাল লৈম্নুংসি, মোইপুঙ, থেঙকু থুংম্নু ৪ (মরি) মানা লৈজং

*(১) খৃষ্টাব্দ ১৫৪ 'চৈথারোল কুম্বাবা'। (২) খৃষ্টাব্দ ২০—'অশম্বা কুম্পাবা অমসুং ম্লেংখোম শাগৈ লোন'। (৩) খৃষ্টাব্দ মমাং চহি ২৫৭—'কেগে হায়েম্মা ঙাঙোই লৈশেম্বা।

ৱুলপী পুক্নিঙ হুএ। ৩.২৩২। ক্নিকে সানা কুয়াওপাল মৈৱী চুঙাহেনপাপু চীঙঙ্ খাঙসেংনাএ। ৩.২৩৩। মাঙলম কেনা য়াল ভুংসোল নাৰৈ য়পএ। ৩.২৩৪। তম্পা য়াইৱংচাশকী ফুরিং মাঙাল নাইনা সায়েঙ মাশালপোম পাংলপোম ৪ (মরি) মাতা তালচপ মাঙালনাই মানিক ঙাওকোই হেনপাক্ষী চুমীথাং নোংথাঙ কুপকুমএ। ।৩.২৩৫। নাথাক নারেন নিঙখিপাতা হিমারু নাথাং হেনএ ।৩.২৩৬। থাঙতিল ৯ (ম'পল) কংপাকি লেংলোর থৌথাং হেনএ ।৩.২৩৭। হিমারু মাঙলনাইন তাওবোইনাই সিশাপাকী মাথেক কৈপু তুলাই সাপাতা চীঙঙ্ মায়াংকায়না কক্ষয়াপাতা কৈমারেল সিলহৈশিমা সামু রোইরোন রাংএ। ৩.২৩৮। তম্পা কৈমারেল লৈমেমনা সারেল যেংলোম কমএ। ৩.২৩৯। য়ংসানা কৈমারেলতি তম্পা সনকোংতাশিনে। ৩.২৪০। লাইরেল তাওয়োইনাইকী লিল্লা মাসেক ১০০০ (লিশিং অমা) মাপু কলথোক্লাপাতি সেকপিল লৈনা রোইনা চীঙঙ্ থকতা থাল্লারে। ৩.২৪১। আসিল্লুং ম'তে মতে ৩.২৪২।

ক্রৌ নোংলুপান আঙৌপাকী থায়াক লৈনা থাংপা সেকপিল মাথোন ৯ (মাপল) সুপাপু চীঙঙ্ নোংথৌ সয়ারেলনা থাল্লারে ।৩.২৪৩। চীঙঙ্ পুরৈহলপা মাচিন ২ (মরি) পালপানা তুলাই সাথোরক্লে। ৩.২৪৪। নোংপোক মানলং হুমরোইপানা চকথাঙ য়ারোঙ কালএ। ৩.২৪৫। চিঙথৈ য়াইকু নিংথৌনা মৈপুন হাইচৌ থালএ। ৩.২৪৬। মানলং মুংসিং নিংথৌনা য়াংলৌ লমচিংলক্লে ৩.২৪৭। নোংলাই নিংথৌ অহেনপামা লিচৈ তোয়াল মুনা

স'মু মাঙতা থাবকএ। ৩.২৪৮। রাঙপারেল থানা চাওপা সলথোং য়ুমোট নিংথোকা মাসাপি হৈরোম সিতাপাকা ঙাইরোইনানা চৌঙঙ্ লমওকথোপু সালসেমঙএ। ৩.২৪৯। খোংয়ুম কৌপারুস্তঙ সারেল য়েংলোম সেল্লকয়ে। ৩.২৫০। থ চিঙ লাইমারুনা সামু রোইরম সেল্লকয়ে। ৩.২৫১। লৈমু' থোঙডারেলন মাতম রারাক্চৈপু সামু লেংতা থোংনা সামু ছুংতা থন্নকয়ে। ৩.২৫২। সরারেল আ'রপা অহম্মানা য়ুম্লাই কৈরাই সাপু তমঙামও হায়না থৌসিথারক্রে। ৩. ৫৩। খোইয়ুম লৈকোই নিংথৌনা, না কানা পুঙথংতৈনা পুঙলেল মারাঙ হৌরক্রে।। ৩.২৫৩। লংপা চিঙা নংথোনা থোপখি রাকতোং খোংলকয়ে। ৩.২৫৫। থমচিংকোল চিঙথম্লেল অনিমানা পোয়েসিংকা খোংলকয়ে। ৩.২৫৬। খোইয়ুম সেনমিংনাপানা তারেং সেলকাং য়ৈরকয়ে। ৩.২৫৭। লোইতাম য়ীঙা থাকী থাচা আহলনোং নোংমা পালপা ক্রৌ মুমিং রিমসাকৈসাকী নোংয়াই পুঙপোই লেম্লিডৈ খেল্লেল থুমখোইপা মাকমৈ থারাল্মচাকপু য়েংনা য়োইমায়'ই ম'ল্লেম ঙালপা মৈকী মু'মিং মাখোইরেলপু খোইচি নাতৈ কাঙ থোংলেল থোঙচাও হাংনা মুমিং মাসেকমুংকী চৌঙঙ্ খোঙসানলক্রে। ৩.২৫৮। রিমুং থা মম্পাকী মৈপুন হাইচৌ থাল চকথাঙ য়ারোঙ কান হলচিঙ চিংমৈ য়িলনা থুলকুমক্রে হার-তাপারা। ৩.২৫৯।

মাল্লেম লৈমারেলনা মাতা য়ংতৌ পোকমারোই মায়কং লেং-মালনাপিসিংপু মাতা ১০৮ (চামানিপাল) ছুনা য়াংলৌ লমথাঙমাতা চৌঙঙ্ মতিক থা য়াইকা মিংলেল সক্কা আসৈ তেয়ালনাঙামএ

। ৩.২৬০ । য়িম্নুং কৌপা সয়রকপা পুণ্ডচা ত্তেংকোৎ লিখায়মাকা মুমিং সাকোনসেলতা মাক্তৈ মাতম য়েংনা আয়াণ্ড কোইপা সণ্ড-লাংমৈতা য়াংলো পোৎখারায়ে হায়তাপারা। ৩.২৬১।

নাওরা মাখোল্লকপি ১০০০ ( লিশিং অমা ) মানা থামং লৈসামথেল হিখেল ৭ (তরেং) মাতাকী লাইচা য়িব্রাংরুলাপাকা চকপা ফুসাপাকী ফুরেল ১০৮ ( চামানিপাল ) মুনা ফুরেল নিংকোই হুৎলাপাকা লাইচা য়িচুম্লে। ৩.২৬২ নোংপাল আসৈ আমাইপানা চীঙভু মিংলেল সোলনা তাইরেল নাহাইরাপাকা যিক্ত সাত্তেংলে। ৩.২৬৩। চৈরৈ মাখন তৈনা ললহোংলাপাকা মাসানৌ সিল-হৈপিম্নুণ্ড লৈরেল লৈচাও পু খোইমোম লম্লেমানা তম্পা লৈমাথুপী রোইনা চিলকী লাইকি সেৎমানায়ে। ৩.২৬৪। চৈরৈ কিয়োই আমাতাপু হেললনাতানা লৈতেং মাম্লায়াপাকা মুমিং সিঙপুম মাঙানিপু কংলা কালখোঙলেলকী হোনা মাৱমচৎপু তৌরাপাকা ক্রো মুমিং নিংথৌকাপা আয়ুক নোংঙাল্লকপাকী পুণ্ডচা ত্তেংকোৎ মাঙাকা মাচেৎমাকী মাক্তৈ থারালপিচাকতি হি-মার থৌরালপিচাক থুম্লেল চিকথোইপাপু লেংলেঙ মাথেম্লাংনা পাল্লিতৈতা তুলাই লেংচাও তোংনা সামু খোঙসানলক্লে। ৩.২৬৫। পুণ্ডচা ত্তেংকোৎ তরেৎকা মাচেৎমাকী তোংলেঙ মাঙাল চাওরক্লাপাতা কংলা নোংলৈরাঙকী মাপাল নোংলৈকমতা রাইথুংলয়ে হায়তাপারা। ৩.২৬৬।

নোংপাল আমাইপা রুসা আসৈপা অনিমানা নিংথৌ কম্পাল কাপাকী থৌরম মাসিঙসু মাঙম মাতোল লোম্না কোনথা

য়াইথাপাকী মীয়াং থৌত্তৌয়াপাকা চেম্নবৌ সানা *কম্বাল তোংলে। ৩.২৬৭। মাৱকৈ ৪ (মারি) মাতা মোইপুঙ খোনসেল ঙং য়াকতো থায়াওচিনা মোংপা সাকাই থকতা কাসা পাওতাক্লে। ৩..৬৮। চোঙলেল অঙোপা মাথোন ৯ (মাপল) সুপাকী থায়াক লৈনা থাংপাপু খোইয়ুম লৈকোই নিংথৌনা সেকপিল লৈনা থাক্লিএ। ৩.২৬৯। কংলা সঙতোল থকতাসুং থায়ালাপচাক নিংথৌ সিতাপানা থায়াক লৈনা থাংপা মাথোন ১৪ (তয়াযরি) সুপানা থাম্লপাপু খোইয়ুম লাই নামু পোং অসি খৈপিক্লা কাচেং থাঙখৈ নাইনা মিৎয়েং সানখৈনায়ৌএ হায়তাপায়া ৩.২৭০।

খোইয়ম পুম্লামাসুঙ সামু থংচপ্লানা লৈসী লৈথোনচায়ম্লাপাকা খোইয়ম কম্পিয়লপু য়িলতালনাখিয়ে। ৩ ২৭১। তায়েং মানিল নাই য়াংলেল মারাঙ হৌয়ে। ৩.২৭২। খোনসেল য়াইথিপাপু পুম্ন না তাংত ৩.২৭৩। ক্লৌ নোংলাংপালকী সিঙলেল লৈহি য়োইনম্পাপু লৈবাং মানম চংওনা খিকথায়ায়ে। ৩ ২৭৪। নিংথৌ কম্পাল কাপাকী থৌয়ম মাতোল লোমথিয়াপাতা মালাপি হৈয়োম সিতাপানা থুংকাং চেপ্লা লোলনা য়াকংচখিএ, 'হে য়িপুংঙু থায়ায় য়াইনিংথৌ ও নঙপু লুহপ নঙকী মাঙাল নাইপা সায়েঙ নাতাল-

---

*(১) খৃষ্টাব্দ ৩৩ – "চৈথায়োল কুম্বাবা"। (২) খৃষ্টপূর্ব মমাং চহি ৯৭—"অশম্বা কুম্পাবা অমসুং য়েংথোম শাগৈ লোন"। (৩) খৃষ্টপূর্ব মমাং চহি ৩৭৬— "কেগে হায়েমা ঙাঙোই লৈশেম্বা"।

পোম পালপোম ৪ (মরি) পালপাস্লুঙ কোলনা চক অকোলপা আসিকী রায়েল মাতিক রোইতারে। ৩.২৭৫। চীঙ্ঙু নাঙাল আরাপাস্লুঙ রুলপী লাইনিংসিঙনা থুমসিলপিরো' হায়না রাকংখোলকী মায়েম ৈলপাক ঙাক্লাপা থৌরম চঙখোনপা পুম্নামাতি নামু পোংতিক নংতরে হায়না কংলা নোংলৈযাঙতা পুম্না সালথুম্নয়ে। ৩.২৭৫। পাকল লিল্লা নিংথৌকী চিরেল লাংয়েন অঙৌপাপু লাইপক খেনলাই থোংতা চিরেল লাংয়েন চিলনা কিসাং ফৈসোম সেংএ। ৩.২৭৭ মাঙলম কেনা য়াল্না ভুংসোল ন'মৈ য়পএ। ৩.২৭৮। চোয়নৌ সানা ফুরিং অঙৌপাপু ফুবিং মাঙাল নাইনা চোংথোক্লাপ'কা সানৌ মাচি মানাওপু কংলা কমকুম্লক্লে। ৩.২৭৯। য়িমচাও য়িমরাই খায়না য়াংলৌ লমসাং সিংলক্লে। ৩.২৮০। পাখাম্না নোংচেং পালকুম সঙকাহ নোংচমলঙতা রাইথুংলারে হায়রাপারা। ৩.২৮১।

লাইরেল থকতা ভোংনা ক্রো নোংলানপালতাকী তারকয়ে। ৩.২৮২। লাংপা চকী মামৈতা সালংকোংলকএ। ৩.২৮৩। চাহ কুমসিঙ ১৫ (তারামাঙা) কী লাংচেং মাথোক্লকপাপু আহাল মাতম রোইনা সক্লেল কুচু রোনলকপাপু পুম্না লৈতে হায়পাকী কোলোয় মানিংথোংপু * মৈতেংঙু নোংতা লাইরেল পাখংপা ও তৌনা

* (১) খৃষ্টাব্দ ৩৩-১৫৪—'চৈথারোল কুম্বাবা'। (২) খৃষ্টীয় মনাং চহি ৯৭-খৃষ্টাব্দ ২৩—'অপম্বা কুম্পাবা অমসুং রেংথোম শাপৈ

কৌএ। ৩.২৮৪। সাম্নু থুম্ভুপ তাল্লেংকা মাচেং ম্নাংনা মিঙথিএ। ৩.২৮৫। লৈক্ষু য়াইপিল্লোকপু পল্লেম নাওয়োম্নকাপি ল্লোইনা ঙাইল্লোইনাল্লকএ হাম্নতাপাম্না। ৩.১৮৬।

---

লোন'। (৩) খুট্টগী মনাং চহি ৩১৬-২৪৬— 'কেগে হাল্লেপ্পা ঙাঙোই লৈলেম্বা'।

'অতিংকোক্লা ম্লেলবা তাপপিল্লোইনাইনা পোকপা কোন-চিনতুথোকপানা লৈককলৈয়াল্লেল পাম্নহুনা লৈসংলেন পোকই। লৈসংলেননা লৈজংলেন চম্নু পাম্নহুনা লৈতোংলেন পোকই। লৈতোংলেননা লৈফুল্লেন চম্নু পাম্নহুনা লৈতোংলেন লিলতাংশাংবা পোকই। লৈতোংলেন লিলতাংশাংবানা কোনফু লাইফু চম্নু প ম্নহুনা কোনসৌল্লেন পোকএ। কোনসৌল্লেননা লাইল্লেক লাইথু চম্নু পাম্নহুনা কুপ্তল্লেংগা সেম্তল্লেংগা পোকই। কুপ্তল্লেংনা অশোম সলাই.ন, সেম্তল্লেংনা নিংথৌচানে। সেম্তল্লেংনা য়াপিল্লোক পাম্নহুনা পাথংপা পোকএ।'—"মৈতৈ পুংরি"

'লৈকক লৈয়াল্লেল চাম্নুনা মুমিং কোল্লে পাথংবা পোকএ। মুমিত্তি সাম্নোনসেন থাদি ইঙা মাকমৈদি থানিন মতমদি মুমিং মুংবনে। নাওয়োইবিদি ম্নাপিল্লোক্র বতু মতুদি অতাওবনে থম্নাল-পিচাক্তি থাম্নাইনে, ইরুবদি লোংচেংদনে লৌদি থম্বাল অতাংবনে। লাংদি থম্নানে, হৈদি থমচেংম্নে ঙাদি সাল্লেঙ অতাংবনে মৈদি মৈম্নেনে নাংহাইনবদি উরুমকোম্নে, থাংদি চাকথাংনে। লিঙদি

মায়ার স্বপভোংপালকী সানা য়াইকোলচুংতা খোনসেল মানিল নাইপাপু না তারাপাকী লৈমুং * পোইরৈতোলনা লাম্মী পুম্না হুম্না হয়েল লাল কাবক্লাপাতা চকপা সায়াপানা সামু থংচপ্পানা য়াকৎচাখিএ, 'হে য়ীপুংঙ্, লিক্লাই সুমের আখোইপা ও। লৈমুং পোইরৈতোলনা লাম্মী পুম্না হুম্না হয়েল লাল কাবকএ' হায়পাপু না তারাপাকী হৈরোম সিতাপাকা সানৌ মাচি মানাও অনিমাত্তি

---

সাপ্পিনে লাইদি থাংজিংনে মখিংদি তিনলেনসেম্বেং হিংচিং কৌএ মুঙ উ পাং অহুম্মদি নোংচেংদা লৈএ।'—"মৈতৈ পুংরি"

'পিরিংমু, পহমমু আরৈ মাই'রঙ হৌবা চমুনা নোংদা নোংথন লেম্বী, লৈমুং য়াবী য়াখা চমু, চাখা মুয়োন পীরোন য়াপ্পী ইমচাও লৈমা অইবী, লৈমা অহুমলক ওইবী. নিংথৌ অহুমলক পাম্নবী লৈমুং য়াইবীরোক্লা লাইরেন পাখংবা নিংথেম য়ানে।'—"লৈথক-লৈখারোন"

* …'অতিংকোক্লা য়েল'া তাওপিরোইনাইনা পোকপা… অসিবানা য়াইকুবী পায়রুনা অঙাইবা পোকএ। অঙাইবানা লৈকোলঙম্বী পায়রুনা অকুপ্পা পোকএ। অকুপ্পানা থেয়েতোংবম চমু পায়রুনা নোংয়'ই মরিঙবা পোকএ। নোংয়াই মরিঙবানা চিনকুয়োললৈচিক ঙাখা চমু পায়রুনা নোংঙমথুবা পোকএ। নোংঙমথুবানা পিয়াইমু পায়রুনা পোইরৈতোল পোকএ; থুমন মুয়াংনে।'—"মৈতৈ পুংরি"

য়াং কোই সাকোন খোঙরোইনানা নোংনেম খানা পাংপারমতা হয়েন লাল তারক্লে। ৩.২৮৭। লৈসাংখোং লমরোকখেলতা লমরোক্লারে ।৩.২৮৮। লৈঙ্গং পোইরৈতোলনা রাহুরক্অ, 'হে নিংথৌ নাবাংপা ও ! অহিং মিঙ্গংমাতা মিনম খুরাল তম্না খুলতারকপা নঙপু কনানো ? ।৩.২৮৯। হৌচিক মাতম অসিতা মায়কৈ কাতাইরমপু চেনখিকাপানো চেনক্লারোইএ। ৩.২৯০। নাওনা থান্নার নাম্নিরেলপু

---

'লৈখারোনদি চিনফুরোই লৈচিক ঙাম্বীনা নোংতমলেন অথুবা, লেখমলেন চমুনা নোংতমলেন অহাম্বা, চীংকুলৈমনা কুরুমলেন মৈ-নাইদবা হৈমুলৈমনা কুরুমলেন মৈনাইবা, লৈফুরোন চমুনা পোংনাও, পিসিন্না হৈরোংলেনলোংজুম্বা, পিসিনখোম্বীনা হৈরোংঙাং থাঙাংলেন, পিন্নাইমুনা পোইরৈতোন।'—"লৈথক-লৈখারোন"

'লৈঙ্গং ঙানপীনা পোংহন, লৈঙ্গং ঙানপীনা পোংথাং, লৈথম থম্বী চমুনা নোংতম হনবা, লৈচীক চিকলিবা চমুনা নোংতম খুবা, পিসিনলেম্না থৌরাংবা, হৈমুলৈমনা কুরুমলেন মৈনাইদবা হৈমুলৈমানা কুরুমলেন মৈনাইবা, হৈরোংলোংলিবা চামুনা পিথাং, হৈরোংলেন চামুনা পোইথাং, পিন্নাইমুনা থারারেন, পিন্নাইমুনা পোইরৈতোন'—"লৈথক—লৈথারোন"

'লৈথমলেন চমুনা পোংথাং পোংহন লৈচীকচীকলেন চমুনা পোং থাংথু চিংমু লৈমানা কুরুমলেন মৈনাইতবা হৈমুরৈমনা কুরুম-লেন মৈনাইবা, পিসামুনা নিংথৌ হৈরোংঙাং, পিন্নাইমুনা থারারেন

য়িসাপি থমস্লুং লৈমাপাতা মেয়োঙ য়ীথুৎথোলপু য়োইনাকে' হায়না পাওমেলঙম্পাপু নোংতা লাইরেল পাথংপাতি চিনকোয় মোলমোন নোক্লা লিয়ি থামোই তিং ভেলকা ভেলমৈ চপ্পা কাপসিলথিয়াপাকা য়ায়রা ভেলপুম আহুম য়োইনা পাইসিলথিয়াপাতা চোঙলেল য়ীয়ুম থালপাস্লঙ ভুলাই সাথৌয়কপাকা ক্ষিয়াল লমহাই নাইপাস্লঙ ককথেককয়াপাকী মায়েম লৈতা তায়ক্রে হায়তাপায়া। ৩.২৯১।

---

থাঙাংপা মনাওদি পোইরৈতোন খোংকাং অতোনবনি, মচনদি লাইশ্রা মৈতৈ লৈমা।'—"লৈথক-লৈথায়োন"

'খোইয়ম লাই নামুং মামুংবনা লাইজ ঈদা কুম্নবস্থ লাইজ ইরেল চাওকোই লৈবঙয়া চীংঙু লাইজ ইথৈরেল খোংনাং লিসিং চাইবা য়াহৌনবা লাইয়িংথৌগা ভুয়াইবী খোইনু তোনথাংলুপা ঈলোয়নবদগী পোরৈতোন পোকএ। লুয়াং পোকপা পস্তোনে।'—"ঈয়েক-সন্নাঈ অমস্লং হুমিৎ-থাপান"

'অসাইগী থোংঙারেলদো অমুক মনিং পোইনাওতা কৌনা হায়া থুম্বোয়ক্লনা পাথংবগা য়ায়ম পুন্নমক তায়রম্বে। অদুপা অমুক মনিং থমচিঙকোন কৌনা লৈনুঙদা চংথিহনা খোংঙারেলবু তাইপঙপালদা পোক্লসি হাইনা থেমলুরে। খোংঙারেলনা হাইএ, "ঐদি খোক্লিংদরে ইনাও পোইরৈতোল নং ৈলনাওতাবিগা লোইনহনা খোকঙ "হাইনা খোকহল্লকলে।' লৈনাওতাবি মহাকী মথৌয়ানো সেমজবা তাইপঙ কোঈনবা থৈবিক পুহনা খোয়ক্লিজো খোংঙারেয়া থুলনিংলোমদা

লৈঙ্গুং পোইরৈবতোলনস্তু লিরুং মাথুংস্তুপু লৈনা হোং ভেলথা চৈরংতানা কাপসিল্লকপাপু চীঙঙ্, নোংতা লাইরেল পাখংপানা সামু হয়াং য়োহলতানা য়াংলো লমখাঙমাতা ভেলপী ঙম্না কাপথেকঙা- ম্লাপাকী লৈঙ্গুং পোইরৈবতোলনা সামু হাকথেঙ কংকে হায়পাকী বূলপী মাখোয় সাঙনা চেল্লিলকপাপু মাসাপি হৈয়োম সিঙাপানা চেংলো

---

হাম্না খোরক্তুনা পাখংবদা থুংসিল্লনা প্লিরবে। অসাইগী পোইরৈব- তোলদো থুলমাংলোম্মদা খোয়ক্রে। মানা পুরকপা তাক্লাঙাসবী খোইনিংঙালবী সাতুক সাঙাং কোন্তোয়িবা সাকায়িবা চনিংহেনবা মোইকেংবা মরিলীসাবা মরাংলাংসাবা তোকতোকোনসাবা তানমরোং- সিল্লাইবা তাস্তে থাংসাবা। অমুবা অঙৌবা ঙাম্নু ঙৌয়ালবা হিসাবা লৈকনবী লৈরাম্বী লৈঙ্গুঙহিকাপ্পী য়াইকাপ্পী মিয়ম্নু, খোংঙাম্নু, লৈঙ্গুঙ- মমাইবি লিরিলাকোংবি। মাংয়াই তুরয়াইবি লৈঙ্গুঙ অংসবি, শাচিলাংকাপ্পি, নাতেনাসাবা, তরেংলৈমা, ময়াংলৈঙম্বা, খাবালাংথংচা, থিক্লমকোইনম্বা অংহেবা থৌথিবা সিংকাংবা। পোইরৈবতোলনা লোইনয়কপা অঙ্গপা থুংস্নু থুংলাই পুন্নমক পাখংবান! ঙম্না মুল্লে। পোইরৈবতোলনা সাওরতুনা কনানো ঐগী পোংচৈ মুনবা হাইহুনা লাল সোক্লগে তৌয়বদা পাখংবা পোইরৈবতোল অনিনা সোক্লয়বদি করয়োই হায়হুনা খোংঙায়েলনা খোয়ক্তুনা হাইরৈএ, হোঃ নহাবা নংগী নপোং নচৈ হাইদবস্তু ঐগীদি ইতু মুনবিথরে, নং করিগী সাওয়িবগে?" হাইনা খেমজিনরে। পোইরৈবতোলনা থল্লি ঐনা অস্তুম লৈরবদি কত্তবে হায়হুনা তোক্লোংদা সিসিন্নরে। সিসিন্নবহ্

ম্রিংখিংলাপাকী নোংসা সান্নাক তমকুম চোংসিলখিল্লাপাকা চুপা মাহুম তম্না খুভুম চৈখাল্লাপাকী মাল্লেম লৈতা ৱালখাখিরে । ৩.২৯১ । তনলা পালপী 'মাপু পামেল ৱুভোল লাক্না কুন্নাপাকা লাম্নী মীয়াম খুকায়রাপাকী লৈচুং পোইরৈতোলতি মিপাই লায়খংননা হয়েল লাল চেনখিল্লাপাকী মাসাপি হৈয়োম পালকনপানা নোংসা লাল্লাও তম পালকন আয়াক তম্না হয়েল লাল তালখিল্লাপাক্না সামু খুৎখুম চলনা তালকংলে । ৩ ২৯৩ ।। তাওচা সমতোং কোয়না চিংল ক্র । ৩.২৯৪ । আতুনোংকীপু কোইচিঙ তালকংচিঙ ও খোলনায়মএ হায়তাপাবা । ৩ ২৯৫ ।

মৈতেংঙ পাখংপাম্বঙ চাচিঙ চিঙলেল য়ায়তা সেকপিল লৈনা খালনা কমকমঙায়ে । ৩ ২৯৬ । নিংথৌ পোংলোই পুন্নামাপু তালকংলপাকী খৌখল মাসিঙস্থনা লৈতেংঙায়ে । ৩ ২৯৭ । লৈচুং পোইরৈতোলপু মাসানৌ পাখংপাকী সামু মাঙতা খানা চিংসিল্লক্লে । ৩.২৯৮ । আতুনোংকীপু চাচিং ও তৌনা কৌএ হায়তাপায়া । ৩ ২৯৯ ।

---

উরবদা অত্যাকুর সিদবনা, "হে পাখংবা পোইরৈতোলদো সিরোইএ, পোংলোই কনা লোইবিযু ।" পাখংবানা পোইরৈতোলবু লৈখোং কোইবিরে অদুগা কাই থাবদা হিঙ্গংলে । অমুক খেবা তোকপা সাখয়ে ঙাওসিল্লয়ে অদু উরবদা অত্যানা নিংসিংলক্লে পোইরৈতোলনা অম্বুয়া লৈয়বদি কম্বয়োই হাইদুনা পাখংবনা লৈয়ব্বা মকম হুমিংকী খোইদৌদা থমলুরে ।'—"মৈতৈ পুঃ রি"

নৈন্নুং পোইরৈতোলম্লুঙ চীঙঙ্‌ মাপুরেলনে হায়পাপু লেপ্পা সালখঙলাপাকী খুৎকাং চেপ্পা য়োলনা সামু থংচপ্পানা পুনেমখিএ, ‘হে য়িপুংঙু থাবায় য়াইনিংথৌ ও! নঙকী নাত্তিক য়িরেলপুঙ কুম্পাপু লেপ্পা সালখঙগায়ে। ৩.৩০০। নাতাইরেম ঐকী থাবায় য়ীমিরেলপু চীঙঙ্‌ নাথৌচালনা ঙাকপিয়ো’ হায়না য়াকংথোলকী নোংতা লাইরেল পাখংপাম্লুঙ ম্লুংসি পুক্নিঙ চঙপয়াপাকী থাবায় মামিরেলপু ঙাকপিরে হায়তাপায়া। ৩.৩০১।

লাল্মী অথৌপাসিংকা খুৎম্লু খুৎলাই পুম্লামাম্লুঙ সামু মাঙতা থানা কংচায়াপাকা অনৌপা য়াকৎচখিএ, ‘নাতাইরেম ঐকী সঙকাই য়ীকোনলোইপু তালনা চৎচেম্পি ও। ৩.৩০২। সানা নাখোঙথা ঙাংলৌ থম্পাল মালপা অনিমাপু য়ীয়াৎ থৌখলচায়াপাকা খয়ে মিন্নুংকোলপু য়িলতালচাখিয়াকে হায়না পুনেমচায়াপাকী সঙকাই মাকোনলোইপু য়িলতালখিয়াপাতা মাসানৌ লৈমা লৈনাওতাপিকা হৈরাঙ আসং য়েং তাওচিঙ আমুল খন সলখোম অকম আহিংপাকা লুক্রেল মাঙতা থানা কংচায়াপাতা মাসানৌ লৈমা লৈনাওতাপিকা খুৎকাং চেপ্পা য়োলনা য়াকৎচাহৌএ. ‘নাতাই য়ীপীঙঙাপু য়িপায়ি সাংনাতে য়িমোম কুইনাতে হায়পাকী খোইয়ম লাইমাক্লসিংপু য়ুলপী পুক্নিঙ য়ানা নিঙচামলকী চীঙঙ্‌ লাইমাক্ল খৈপিক্লা সালসেমপিয়াপাকা সামু মাংতা থানা ললকুপিয়মএ। ৩.৩০৩। খোইয়ম লাইনা সাএ হায়পাকী * লাইস্রা ও তৌনা কৌএ। ৩.৩০৪। য়িমোম লাইস্রা

---

*‘লাইস্রা (লাইসায়া)—হৈয়োং লেনবাচম্লু। পম্বৌ মপা পোকপু লাই-হুইবদি লৈম্লু পিসীম্লুনা লাইহুই, পলেম মমাপোকপু

আসিপু কাওচম্নারম্নাকে সামু য়োইরম থানা লৈপাক য়ায়েলমানাপি ও হায়না ললকুচারাপাকা লৈঙ্গুং পোইরৈবোলতি লৈমা লৈনাওতাপিকা ফুপাক লৈতাইতু মিংপাল পিকম চেন্না পুনেমচাহৌএ। ৩.৩০৫। তাইপঙ পুন্না য়োইরিপাম্নঙ নঙনে।৩.৩০৬। থারায় পুন্নামাপু সালসেম্পাম্নঙ হে মিপুংঙ্ নঙনে। ৩.৩০৭। চীঙঙ্ নঙপু হেলনা থারায় মান্নুংচলপাতা থোইরম কনানা কোকপী ঙমকাপানো। ৩.৩০৮। চীঙঙ্ নাহান্নাংকী নাসক আরেম্নাপু সালথুম্নিরাকুনো । ৩.৩০৯ নাতাইরেম য়ীপিঙঙা চেংলৌ য়িসক য়েংনা থৌচাল ললকুপি ও হায়না মিংমৈ সিলথাম্নিনা চীঙঙ্ মাথোঙ সেংলে। ৩.৩১০। লৈমা লৈনাওতাপিকী লাওচা সম্নাং তোলনা থুয়া লৈথাঙ তৈম্নাপাকা পাথুপ লৈনেম পক্লা য়ীম্নাং থৌথলমলকী চীঙঙ্ মাপুরেলতি য়ুলপী পুক্লিঙ লেপচারাপাসিংপু থৌচাল ললকুপিহৈপা মাপুরেলপু য়োইরিপানিকীনা থোইরম মাথৌচালপু থৌচাল ললকুপীকে নিঙলাপাকী চীঙঙ্

---

চাতানা লাইহুইবদি ঙানবা য়ু চাখাবা চাগনা লাইহুই। পলেম মমা পোকপু সনা লিক্লাই য়েনবদি ঙান্নু পীয়াইগনা সানা লিক্লাই য়েন্নে, থুইয়োই তোমপোক পোকএ।' -'লৈথক-লৈখায়োন'।

'নয়োন মৈতৈ লৈমা লাইস্না হৈয়োং নিংথৌ চন্নু হৈয়োং লোংলিবনা পোকপি লৈচিক চিক্লিবনা পোকপী লৈচিক চীক্লীবা লৈথম থমলীবনা য়েনবি পোইরৈ মন্নুং ওইদরিঙৈ তোয়াং থাংপক-শা চানা ইহৌননা পোইরৈ হান্না মন্নুং ওইরকপী মৈতৈ লৈমা লাইস্না ও তৌনা কৌএ'—"নিংথৌয়োল-লমবুবা'।

মহাক্সাং আথুম্নাপু সানকোংশিরক্রে। ৩.৩১১। সারেং মাতালপোম পালপোম ৪ ( মরি ) মাভা খুংস্থ ৪ ( মরি ) স্থনা লৈতেং ম্নিংপু লংএ। ৩.৩১২। লৈমারেল সিলহৈশিনা সামু য়োইরম কমএ। ৩.৩১৩। তম্পা লম্লৈমানা সারেল য়েংলম লাংএ। ৩ ৩১৪। মুনিং লাখা আমাকী মাঙাল আরাপাপু কাওনা ললকুপিরাপাকী লৈঙ্গুং পোইরৈ-তোলতি লৈমা লৈনাওতাপিকা সামু পাল্লোইনানা খয়ে মিঙ্গুংকোল সারাই মিংথুরোলপু য়াঙনা য়িলভালখিরে হায়ভাপারা। ৩.৩১৫।

মাসানৌ লাইস্নাপু ঙাইরোইনানা খিঙলো নিঙনা তেনা হলরাইররাপাকা সঙকাই নোংতম সঙতা য়াইখুংলারে হায়তাপারা। ৩.৩১৬।

মাসানৌ লাইস্নাকা কম্মোই মিং কম্মানারে। ৩.৩১৭। কাল্লাং মৈ তোংমানানা লৈপাক য়াতেম্নানারে। ৩.৩১৮। লৈঙ্গুং পোইরৈ-তোলকী লালসোক থমথেং থৌতা থৌচাল ললকুপিথিপা থৌরম অসি থৈপিকপু য়ীপোইরৈ সানাপুঙমায়োনকী পাওতাক আরেপ্পা অসিপু থৌরম মাঙ্গুংচলনা থম্নমএ। ৩.৩১৯।

লাইরেল মৈতেংঙু পামহৈপানা য়িয়ু নোংতা লাইরেল পাখং-পাপু করিকী মিথংলেলপু নমথুরাপাকা মিরুম্পীপু তাংখানানা খোয়তোম মুথ্রাপিপু সানা কম্পাল তোংমানাএ হায়না লাইরিকসিঙতা চলনা থম্নমপানো ? । ৩ ৩২০। খোইরম লাইরমচংকী চৌঙঙু মাতিক য়োইরুতে। ৩.৩২১। মিরৈপাক তুম্ভালপানা হায়েং না তাথিরাপাতি য়ীপোইরৈ সানা পুঙমায়োনকী লৈপাক মায়েং

তানাঙৈনে। ৩.৩২২। মীপোক য়াইফাপা থারায় চঙখোলপাসিংনা থামোই লাইমিং আয়াপানা সালথঙলিপা খৌরম মান্নুংচললপাপু লৈরাপাডি সিলকম অচেংপা মাহাকপু সালথুপ্রাকু:না হায়না পাওহং- খোলকী সিলকম মান্নুংচললপাপু খৌরম আসুম লৈরিএ হায়না লাইরিকসিঙতা চলনা থম্লপ্পানে হায়তাপারা ৩.৩২৩।

নোংতা লাইরেল পাথংপা মহাকথকতা নারক ভুপাল সাসীংনা লাইচা রিথক্লপাকা সাসল খোঙতাঙপাকী তিলপোল হা'থাক্লকপানা সারেং সমসাংপিচাকা লেমৈ ঙাসেকসাসুঙ সারোঙখোইপিনাচিংনা সালরোনলৌপানে। ৩.৩২৪। আতুনোংকীপু সারেল সামিং লৌনা লেমৈ ঙামিং থোল্লপ্পানে। ৩ ৩২৫। ঙারেল কোকপাকপিচাকী কোংপোল য়াঁপুঙ পৈনা হাখোক্লকপাতা কোংপোল লিক্লানুংকী কংকোই মিতম হলনা চোংখোক্লকএ হায়পাকী কোলোয় মামি থোংপু কাংঙা মিহুলচেক ও ভৌনা কৌএ। ৩.৩.৬। ঙাসু খোলসেলপাসুঙ লমঙাহু থংকোনাচিংনা পাইখোক্লকএ হায়পাকী লেমৈ ঙামিং লৌনা মিংখোল্লমপানে। ৩.৩২৭। সাঙাইরাপা কাইপুপাকী য়ারেন খোংচিন্নুংতাকী পোলপী সাঙাইরাপাপু পাইখোক্লকয়ে হায়পাকী চেক্লা কোলোই মামিংখোংপু পোলপী সাঙাইরাপা ও ভৌনা মিংখোল্লৌএ হায়তাপারা। ৩.৩২৮।

মৈতেংঙু পাথংপা মাহাকথকতা সাঁথৈ সল্লাই অয়েংমাপু কাচেং থাঙথৈ নাইনা সল্লাই খুলখোঙ লিংপাপু হৌরক্লে। ৩ ৩২৯। নোংতা লাইরেল পাথংপানা মাসাপি হৈয়োম সিতাপাঙা য়াহমথিএ, 'সাপি

সামু নাহান্নাংপু হন্নাং অনিথোক্লা খাইতোক্লাপাকা সামু নাহান্নাং চৈরোম সিভাপা মাগাকতি নাসানৌ ঐকা চেলৌ মিৎকুপ মারমতা-আপু খাইনাকাতনা ভাইরোইনাঙৈন। ৩.৩৩০। সাপি সামু নাহান্নাং আমানা সাথে সান্নাই তারুক-াকী সাথে কুরুম রোইনা মোইপুঙ আঙৌপাকী কম্পী মেল্লাংচালতা কক্ষম্লাপাকা লংলা থাংভিল ৯ (মাপল) স্নপাপু লেংলোয় খৌথাংনারাপাকা চোঙলেল য়ীলচম মাথোন গাঙাস্নপাপু খালনা সাথে সল্লাই খৈপিকী লংলা খৌথাংথৌ চাপোক নাওসোঙপা নাহুৎ নারেংকা চুম্না মোইকেলকা য়িমতৈ নাসেংনাচংনা সাপি নঙনা নোংতম্পিরু ও। ৩ ৩৩১।

'চীঙঙু নোংথৌ সন্নারেলকী ম-পারি পুরৈরোম্পা নঙতি নোংপাল অঙৌপাম্পাপু রোইনা য়াংকোই সাকোন অঙৌপাকী লালসা সায়াঙথকতা কম্পী গেল্লাংচালপু সালসেন্নাপাকা লংলা স্নংতাই ৬ (তরুক) স্নপাকী লেংলোয় খৌথাংনৌ ও। ৩.৩৩২। চোঙলেল য়ীলচম মাথোন আহুম স্নপাপু খালনা কম্পাল কমকা থৌপু হালনা খৌতম্পি ও। ৩.৩৩৩। সাথে সল্লাই ভারেংমাকী মান্নেম লৈপাক কোইপা পুন্নামাতা হাওসি ঙমচিংপিন্নাপাকা রায়েল থৌথা তম্পি ও'। । ৩.৩৩৪। লৈপাক কৈতোম ভুংঙাল খাইনা কমথৌ নিংথৌ মান্নেম লৈপাক কোইপাসিংপু ভোপ্না লিংলুকুনৌ। ৩.৩৩৫। নোংতা লাইরেল পাথংপাপু সারেল য়েৎনা কোলনা নাওরোকপিঙেনে হারনা খোইরম পুরৈরুলপানা নোংতম্নম্পানে। ৩.৩৩৬। আভুনোংকৌপু চারাক রারেলকমকী অঙোম কম্নাংচালতা নিংথৌ মাপারি রুরেপ চারা নিংথৌ মাহান্নাচিংনা পঙনা কক্ষাতাপানে হায়তাপান্না। ৩.৩৩৭।

'পুরৈরোম্পা মাসানৌ খোইয়ম খোরিকাপা নঙতি কেকে মোইরাং নিংথৌ রোইরু ও। ৩.৩৩৮। লাংকোই সামু অঙৌপাকী সামু সায়াংথকতা কম্পী মেল্লাংচালপু সালসেম্লাপাকা সেকপিল আরাংপা মাথোন আহুমস্নুপাকী থার'ক লৈনা থাংপাপু সেকপিল লৈনা থাল ও। ৩.৩৩৯। সাথৈ সম্লাই তারেৎমাকী হুয়েল লাল-সোকথৌ থাঙয়ান চুঙসেল্লা লিম্নুতলস্নুপা খুৎস্নু খুৎলাই পুম্নামাপু থৌতম্পিরু ও। ৩.৩৪০। লংলা স্নুংতাই ৬ (তরুক) স্নুপা লংলা মাচু অরাংপাপু লেংলোয় থৌথাংনরু ও। ৩.৩৪১। থাংচিঙ লাইমারুতা কাসা নানোংথোপু রোইনারু ও হায়না নোংতম্পিখিএ'। । ৩৩৪২।

'তাওপীরোইনাই সিতাপাকী মাপারি নোংয়াই আহলপা নঙতি খুমল নিংথৌ রোইরু ও। ৩.৩৪৩। থিঙলৌ রোকয়া তাঙকী রোক্রেল সায়াঙ থকতা কম্পী মেল্লাংচালপু সালসেম্লাপাকা সেকপিল মাথোন আহুম স্নুপাকী হিকোক চুতানাপাপু থাল ও। ৩ ৩৪৪। হিকোক লংলা স্নুংতাই তারুক স্নুপাপু লেংলোয় থৌথাংনারু ও। । ৩.৩৪৫। খেল্লেল মারোঙ লাক্লা মাকমৈ থাল্লালপিচাকপু য়েংপি-রাপাকা য়ীতম খোইতম্পা, য়ীরাঙ খোইরাঙপাসিংপু থৌতম্পি ও হায়না থৌতম্পিখিএ হায়তাপারা। ৩ ৩৪৬।

'চিঙথৈ য়াইকু নিংথৌকী মাপারি আঙাল্লা নঙতি থাপা চেংলৈ নিংথৌ রোইরু ও। ৩.৩৪৭। কাম্পা কৈনিংথৌকী কৈরেল সায়াঙ-থকতা কম্মোই মিং মেল্লাংচালপু সালসেম্লাপাকা হিংঙোন চুতানাপাকী সেকপিল মাথোন আহুম স্নুপাপু থাল ও। ৩.৩৪৮। লংলা মাচু

আসংপা থাঙতিল লাংসুং ৬ ( তারুক ) সুপাপু লেংলোয় খৌথাং-না ও । ৩.৩৪৯ খেল্লেল থারালপিচাকপু য়েংনা প'রিং লাংসং লাকপা রিম্পী চাওরা মুংপাকী রিম্রাই কৈরাইথোক পুম্নামাপু থৌতম পাওতাকপিরুও আম্নম নোংতম্পিরমএ হায়তাপারা । ৩.৩৫০ ।

সারেল সামিংনাইপা পিসিঙম'পু মাওরৌ সামিং লোকপা সলনিংথৌপা নঙতি ক'ইপা সারাং নিংথৌ রোইরুও । ৩.৩৫১ । কাওরেল সলতলপাকী মালপী সায়াংথকতা নিংথৌ কম্নাংচালপু সালসেম্লাপাকা সেকপিল আসংপা মাথোন আহুম সুপাপু থাল ও । ৩.৩৫২ । লংচু আসংপা ৬ (তরুক) সুপাপু লেংলোয় খৌথাংনা ও । ৩.৫৩ । সাখৈ সম্নাই ৭ ( তরেৎ ) মাকী সাতাল কৈতালথৌ সাসেম লাংসেমথৌ পুম্নামাপু পাওতাকপি ও হায়না থৌতম্পিরমএ । ৩.৩৫৪ ।

লৈতং অতোলপা নঙতি লৈসাং নিংথৌ রোই ও । ৩.৩৫৫ । কাওরেল সলথৌরাপাকী সারেল সায়াঙ থকতা কম্পী মেল্লাংচালপু সালসেম্লাপাকা সেকপিল রাওচুনাপা মাথোন আহুম সুপাপু থাল ও । ৩ ৩৫৬ । লংলা রাওচুনাপা থাঙতিল ৬ ( তারুক ) সুপাপু লেংলোয় খৌথাংনা-ও ৩.৩৫৭ । য়াংকোই সাকেন সাতোং সেম্পা থুরুপ মানপল হৌপাকী লালসা মারিল ঙম্পা সাকোন সাসঙ নাইপাসিংকী সাকোন সারাকথোপু থৌতম্পিরু ও হায়না রারেম্লি-রমএ হায়তাপারা । ৩ ৩ ৮ ।

'লৈনুং তাঙক্রু সলসেম্লা নঙতি রুরোক নিংথৌ রোইরু ও। । ৩.৩৫৯ । মারেম লৈপুঙ থোল কালথোঙ ৪ ( মরি ) পালনা

ফম্পী মেল্লাং সেয়াপাকা সানা খেলচোং খাল ও। ৩.৩৬০। লংলা থাঙতিল আহূম ভিলনা লেংলোয় খৌথাংনা ও। ৩.৩৬১। থাব্রার পুন্নামাকী ললয়োন ললতালখৌপু খৌতম্পিরু ও হায়না খৌতম্পি-খিএ। ৩.৩৬২।

'খোইরম খানা চাওপা মাপারি খাংখু আহল্লা নঙতি য়াওয়ৌ সা তোকপা তোকমু মৈসাংপাকী তোকপা সায়াংথকতা কোরি মেল্লাংচালপু তাওখঙলাপাকা খেলচোঙ আঙৌপাপু লৈনা খাল ও। ৩.৩৬৩। লংলা খৌথাং খৌতি তৌকায়োইএ। ৩.৩৬৪। সাখৈ সল্লাই তারেংমাকী তাঙচা সম সেংপা সল্লাং সম কোকপা থূচিন মোইকাং লেনপানাচিংনা খৌরম আসি খৈপিকপু খৌতম্পিরু ও হায়না খৌতম্পিখিএ হায়তাপায়া। ৩.৩৬৫।

নিংথৌ মাসিঙস্নুনা তেংথা ঙন্নায়োই এ। ৩.৩৬৬। মারেম লৈপুঙথোলকী ফম্পী মেল্লাংচাল মাসেলনে। ৩.৩৬৭। চোঙলেল খেলচোঙ খালনাখিরে হায়তাপায়া। ৩.৩৬৮।

মৈতেংঙু নোংতা লাইরেল পাখংপাকী চোয়নৌ সানা ফম্পাল লাংতি সিঙলেল য়োইথম্পাল থম্পাল লৈহমনুংকী তম্পা য়াইরংচালনা তাওখঙপা লাহাল কংহংক চুক আহালপাতা চীঙঙু কুরুম সিতাপাকী হিমারু ফল্লাংচালপু কোলনা চকী চুক আকোলপা অসিতাস্নুঙ নোংতা লাইরেল পাগংপানা ঙাইরোই-না মাতোম সালকোংলকপানে। ৩.৩৬৯। থারাক লৈনা থাংপাকী সেকপিল অঙৌপা মাখোন ৯ ( মাপল ) স্নুপাপু চীঙঙু নোংতম্পা পুরৈহল্লা মাহাক্কা চীঙঙু থকতা খাল্লাপানে। ৩.৩৭০। য়িমচাও লপয়াল

কাকী মারায় কারেম্ন্‌ তা লাংকোই কলতা পাংকনপাকী সাম্‌ সারাং-থকী চোয়নৌ সানা মেল্লাংচালভি মাসাপি হৈরোম সিতাপাকী কম্পী মেল্লাংচালনে । ৩.৩৭১ । সংকাই নোংভক্ষমতা নোংসা সানিংথোকী সারেল সারাঙথকতা চোয়নৌ সানা মেল্লাংচালভি মিরেল থা-থারাক্লা নোংভক্ষয়ে । ৩.৩৭২ । মৈতেংগু নোংভা লাইরেল পাথ্‌পা মাহাক থংভোতি থৌরম আসি থৈপিকপু চঙথোন্না প্লান্নম এ ছায়তাপাৱা । ৩.৩৭৩ ।

তম্পা মাসানৌ লাইসানা নিঙথিপিস্নঙ গোয়নৌ সানা মাঙাল নাই থুতোল থুংতাংকা কোনলোই থুংসি মৈথাঙপা থাপক থৈ-থোমকা থাপা লৌখি হেনএ । ৩.৩৭৪ । সকথোং মাঙাল নাইপীতা সেন নাসি চোমমায়না চুমীথাং নোংথাঙ কুপকুনএ ।৩.৩৭৫ । সমসি ভুংথাংনাপিভা সানা লৈতারেঙ থেংএ । ৩.৩৭৬ । চাক্লা নমসা মুংসিপা, অরুরা নমসা য়োইম্পা সিমানিক নমসা চিকথোইপা থামাসি নমসা থুমথোইপা থম্মাসি নমসা কুপথোয়পা মীমায়োন নমসা অচেংপা ৬( তরুক ) নমসা মানম মুংসিপা অসি থৈপক্লা হকসাং পুম্না লৈতেংলিএ । ৩.৩৭৭ । সানা কাংথোল্লেলকী চিথেক মায়কৈ মারিতা নাওরা মাথোক্লকপী থোয়না তেলচৈ মাহল্লকপী মারিতংনা কাঙপা লাংতোং থুনঙয়েকী লাইসম আঙৌপানা কাহৈ মিতম হুমএ । ৩.৩৭৮ । সানা কাসেল কানপীকা থুৈতেসেলনাক কম্পীস্নঙ সানা কাকোক কানপীসিংনা য়োইনা থৌখলনাল্লিএ ছায়তাপাৱা । ৩.৩৭৯ ।

[মৈতৈংগু নোংতা লাইরেল পাখংপাসিং চৌঙগু মাথৌচালপু থৌচাল আহনবোইনা হায়াও পাওসানায়রে। ৩.৩৮০। সঙকাই নোংতমকমকী মৈতৈংগু পাখংপাকী সামু মাহাক্নাং অকোংপতি পলথৌ মাপা পোকপা মাপুরেলকী পুথাঙলোলপু কা-না থোরম লাইনিঙনাপাসিংকী থারায় পুথংথোপু থৌতৌপিরিএ। ৩.৩৮১। চোয়নৌ সানা কম্পাল লাংকী চৌঙগু মাহাকসাং অথুরাতা তম্পা লাইরেম্মা আনিমানা সারেল য়েং-রোই রাংনা থৌখল্লিপা সায়েং মাতালপোম মারিমাতা খুৎসু মারিস্থনা লৈতে লিপাতি লাম্মী অথৌলিচা হেপ্পা থাবাক চঙরোইনাপাসিংনা খুৎলাই মায়রোক য়ানা নোংমলখিরাপাসিংপু রাকয়ৈ হিপু রোইনা থারায় লানপি-থৌভা হায়াও তোয়তাওনারিএ হায়তাপায়া। ৩.৩৮২।

থৌরম মাঙ্গুংচলপাকী রায়েল আরুপা আমাপু থিচিকতা রাহ-ময়কে হে দূরাং হোংনেম লৈকোইপা ও নঙপু রূলপী পুক্লিং পিনা নাতা ও; ৩.৩৮৩। মৈতৈংগু লাইরেল পাখংপা আসিনা আহিং য়িঙ্গুং সোয়াইমাতা তাইপঙ নামু মীপু রোইনা মাসানৌ লাইসানাপু হায়াও তোয়তাওনাএ। ৩,৩৮৪। নোংথিল অঙালপাতা থোরম লাইপু রোইনা মাসাপি হৈরোম সিতাপাপু তাইরোইনানা মালপী সলঙাকপা কাওরেল সলসেলহলপাপু রোইনা রূমং নিপালমাতা চিঙগু মানিংতম্মা কুমহৈ অথোইপাপু সালনারিএ। ৩.৩৮৫। থারায় মীময়োন মক্তা পানা পাল পায়মা থৌখলপু রোইনা পাথুপ লৈনেম থৌভা মায়াল হয়রোই নাপাসিংকী থারায় লাইনিঙলেলপু সালসেম্পিরিএ। ৩.৩৮৬।

কোলনা চক আকোল্লাকী খোইরম লাইনিঙলেলভি কঃসানা মাপুরেল হৈরোম সিতাপা সানৌ মাচি খানাওপু হেলনাআমা তৈনা লৈতারাপানে । ৩ ৩৮৭ । কঃসানা মাপুরেলকী লাইনিঙ মারম-চৎভি :— মারাল রিমঙুং সেংপা, সামু মাহাকপু মকহলতাপা, রুলপী পুক্লিঙ লেপ্পা, রাথং রাচুম স্নপা, রাইপী থারার ঙাকপা তারা চাঙং সেংপা, তানলোর লমতিলথৌপু অমৌ হু-পু রোইনা-রাপা, পাথুপ লৈনেম পকপা, থৌরম ৮ ( নিপাল ) মা আসিপু ঙাইরোইনানা কুরু সানা মাখোঙখাতা মারাল হুমরোইনারাপা আস্নিনে। ৩.৩৮৫ । রুলপী পুক্লিঙ য়াংপা, কনচাও মৈরা খোকপা, ললপাম রিথৌরাংপা, পুক্লিঙ অঙক চঙপা, নাপল মায়াই কাপা, য়েক্লা পাওনৈ চেলপা, লৌসিং লাংথাক কনলাপা সিলকম মারম ৮ ( নিপাল ) মা অসিপু সামু নমতা হুন্নানখোক্লাপা অসিকুমপা-সিংপু কঃসানা মাপুরেলকী লাইনিঙ মারমচৎনে হায়রতাপাল্লা ।৩.৩৮৯ ।

চোয়নৌ সানা কম্পাল লাংকী পাল্লোম ৪ ( মারি ) পাল্লা আতিংকোক লায়য়িংথৌকী লাইনিঙ মারমচৎপু খচিকতা রাহল্লকে । ৩৩৯০ । কুরু পলথৌ পা রোইনানা রুলপী পুক্লিঙ লেপ্পা, রাথং রাসক হেলতাপা খোংকেল লালসোক থৌপা, খোয়মা য়ামার লৈঙানা লালসোক থমথেনাপা, লাল্মী পুন্নামাকী য়াইপী থারার ঙাকপা, লৈপাক তোমপুন্না মায়রোং পলচাওখিংকুম খুংলাই মাঙতা লেপ্পা নোংমলথিরাপাসিংপু লাল্মী মী-মারু খোইকোয়পা ও তৌনা

কৌএ ।৩.৩৯১। লাল্মী মাথন'মাতি র্‌লপী পুক্লিঙ ভপ্লা, পায়মা পায়মা লৌসিংচাওপা, লাল্মী পুমামাপু হায়াও থৌতোং হৈপা, সামু মাহাকমাংপু পুক্লিঙ আতল লৈতাপা, হয়েল লালথোঙ সিনহৈপা, সামু হাকথেং কংনা নোংমলতায়াপাস্তু থুংলাই মায়কং সাপানা লাল্মী মীয়ায়কতা থুংলাই ভেলপাল থোলকী মাতোম নোংমল-থিয়াপাস্তু কোয়ৌ নোংথোঙ হাংনা আমল নোংকাথিপানে। ৩.৩৯২। অথৌলিচা হেপ্লা অসিকুম্পাসিংপুতি লাল্মী মী-মাসিং য়ায়মাপা ও তৌনা কৌএ হায়ভাপায়া। ৩ ৩৯৩।

লাল্মী মাথন'মাতি কুরু থুয়ারেলতা র্‌লপী পুক্লিঙ লেপ্লা সামু হকসাং সেংপা, আথম আচাই থৌতা থায়ায় আয়াম্পা পুমামাপু র্‌লপী পুক্লিঙ লুমহলপা, ক্রৌ নোংতামতানা হয়েল লালথিপাকী অথৌলিচা হেপ্লা আনিমাপু থোয়মা মায়রোক্লানা থোক্লাং লমচৈ য়োন য়াথং য়াসক্লানা সামু থোঙকাপ থুকমাপু হোংতাপা থুংলাই তাহুল চুম্পাকী থাপাক চুঙরোইনানা সিথি-য়াপাস্তু ক্রৌ নোংথোঙ হাংনা কাথিয়'পাসিংতো লাল্মী মী-মাচং হায়না কৌএ। ৩.৩৯৪। লালকম তমথিপাতা থোয়মা মামায় লৈতানা য়াইপী থায়ায় থাতোক্লাকে হায়না মাহৈ ললনিয়িপা থৈপিকতো আতিংকোক লায়য়িংথৌকী লাইনিঙ মায়মচংনে। ৩.৩৯৫। লাইনিঙ য়ায়মাপা ও হায়না কৌএ। ৩.৩৯৬।

লাইনিঙ মাথন'মাপু থচিকতং হায়য়কে। ৩.৩৯৭। পলথৌ মাপা সাংমাপাপু লাইনে নিঙলাপা, সামু হকসাং সেংপা, য়াথং

ৱাচুম মপা, ভুংঙালপা সাথৈকী খুংতা তাৱা খুংথুন হকলুতাপা, সাথৈ মাঙিক ঙাকপা, মাৱাল্লোন য়িমলুংতা থাৱায় আমাতাআপু হাংতাপা, বাংলৈ য়ু থাকতাপা, কাওৱেলনাচিংপা সল সা চাতাপা, পোক্লেল মৈহৌপাৱোলকী মিংলেল পুথাঙ ৱীলনা হলমু হলপা, নাহা মুপী কুরু নাইতা খিপিকমুঙ লৈপাক কোইপানাচিংনা ৱায়েল খৌথা চঙলিপা থৈপিক্লা নিঙলিপামুঙ পাখংপাকী খুৱাকী লাইনিঙ মায়মচথনে। ৩.৩৯৮। লাইনিঙ মামৈ হায়না কৌএ ।৩.৩৯৯।

সিলকম আহুম্মাপু লানপিপা ঙম্মাএ হায়পাকী মিংলেল আহুম্মাপু অমংতা ৱোইনা তাসিল্লাপাকা মিংলেল অমংতাকুম্মা কৌনায়াপানে। ৩.৪০০। মিংলেল আমানা লাইরেল মৈজেংঙু কৌএ পোইরৈ নিংথৌনে। ৩.৪০১। মিংলেল আমানা নোংতা লাইরেল হায়না কৌএ আতিংকোক লায়য়ীংথৌনে কংলাতা পালপোম মারি পালনা সালনাৱিপা মাহাক্লে। ৩.৪০২। মিংলেল আমাতি পাখংপা কৌএ কংসানা মাপুৱেলনে, মায়াম্মা হৈয়োম সিতাপাকা লোইনানা সলঙাক সলসেলপা ৱোইনা নোংখিল লাই বোইখিরাপাকা মুমং ৮( নিপাল ) মাতা আঙাং মানিঙতম্মা সালনাৱিপা অতু মাহাক্লে। ৩.৪০৩। সিলকম আহুম্মা অসিকী মিংলেল আহুম্মাপু অমাতা বোইনা মুপসিল্লাপাকা লাইরেল মৈজেংঙু নোংতা লাইরেল পাখংপা হায়না কৌএ। ৩.৪০৪।

ক্রৌ মুমিং 'মাতা খোইমোম লাইনা সাপী লাইসানানা হায়্রৈএ, 'হে য়িপুংঙু নঙনা আহিং মী ৱোইপাতি ৱীপিঙঙা

ৱোইমানাৱে নোংথিল লাই ৱোইপাসুড য়ৌপিডডা ৱোইমানাসে হায়রতে। ৩.৪০৫। মাকম কাৱিকুম্পাতা খোইয়ম লাই ৱৌইরুপানো ? ।৩.৪০৬। ঐপু থাউকেসেখা তাকপি ঔ'।৩.৪৭৭। আসুম পাওহংচপাপু নোংতা লাইরেল পাখংপানা পাওখুম্নকএ, 'তূপী ঐনা আহিং মী ৱোইপাতি য়ৌপিডডা ৱোইকাএ, নোংখিল ঐনা লাই ৱোইরুপাতি নডপু হায়রতাপাসুড মায়কে ডাকপা লাইনাহিংনা নাপা থোংডাইপা য়ায়েল চুম্পা থমনুং য়াইপী নিংথৌ মাহাক্লাসুড খডপা উমতাপা য়াবে হায়রতাপায়া। ৩.৪০৮।

লাইসানাসুড মাহাক থেংকাথিরাপাকী থাসিড সুরাপাতা মাচানীপা আমা পোক্লে। ৩.৪০৯। ৬ ( তারুক ) নিডা মাকমৈ থম্বি য়েংলিয়ে। ৩.৪১০। ১৩ ( ভরাহৃমদোই ) নিডা ফুরৈ য়াল্লে কায়না য়ুসা সাথেতোলমী সমকোক সৈনসেংএ। ৩.৪১১। থুচিন মোইকাং লৈয়া নোংপাল অমাইপানা মোংপা য়িংসেংলে। ৩.৪১২। নোংপাল সাথেরেলতি ডায়োল কুরু মাহাক্লে। ৩.৪১৩। সুরাং সাথেমাতি পালাউ থেলহৈপানে। ৩.৪১৪। লুরাং সাথে মানুংতা কুরু আনিমাপু ৱোয়া লৌয়িপানে। ৩.৫১৫। লুরাং থেলহৈপানা মাকমৈ থারাল-লিচাক য়েংনা নিংথৌকী মাচাপু থুইরোইতোম্পোক হায়না থোলপিরে ।৩.৪১৬। চাহৈ কুমসিড ৭ ( তাহিং ) সুরাপাকা নাহুং নারেং থোপু থোপিরে। ৩.৪১৭। লাইলোয় লখাড থোহুড তৌরক্লে। ৩.৪১৮। থৌ মাতোল লোক্লে। ৩.৪১৯।

পাখংপাম্বগু তাইপঙপালপাতা চাহি কুমসিঙ * ১০০ ( চা অমা) পুম্না কম্পাল তোংলম্লাপাকা ক্রো নোংকাখোপু লাঙলক্লে । ৩.৪২০ । ক্রো নোংখো লৈপাকী খোঙলোই পাওহলপাম্বগু য়াওনা থুংলায়া-পাকা সামু মাখূৎ লোলনা য়াকৎচাখিয়ে, 'হে য়ীপুংশু ক্রো নোংখো লৈপাকী খোইয়ম পুম্নামাপু পুরৈহলপা চিন ৪ (মায়ি) পালপানাচিংনা হে য়ীপুংশু নঙপু ক্রো নোংলৈপাকতা পাও কৌখৎলু ও হায়না খো-সিরকএ । ৩ ৪২১ । লাংপা চকী চাহি কুমসিঙ †৬৮০০ (লিশাং অরুকা চানিপাল) মাম্বগু কোলনা চকী চাহি ‡৮০০

---

* অয়াম্বা লাইরিকতা চহি ,২০ ( চামাগাকুন ) নিংখো ওই-রম্মি হায়না ই : মশাগী চাহি ২৭ ( কুনতরেৎ ) মুবদা নিংখো ওই অহুসা মশাগী চহি ১২৭ ( চামানিকুতরেৎ ) তা নোংকাখি হায়নম্বু ইবা থেংনৈ ।

† (১) খৃষ্টগী মমাং চহি ৭৪৪৬—৬৪৬—'চৈথারোল কুম্বাবা' । (২) খৃষ্টগী মমাং চহি ৭৫৭৭—৭৭৭—'অশম্বা কুম্পাবা অমসুং য়েংখোম শাগৈ লোম' । (৩) খৃষ্টগী মমাং চহি ৭৮৫৭—১০৫৭—'কেগে হায়েম্বা ভাঙোই লৈশেম্বা' ।

‡ (১) খৃষ্টগী মমাং চহি ৬৪৬—খৃষ্টাব্দ ১৫৪—'চৈথারোল কুম্বাবা' । (২) খৃষ্টগী মমাং চহি ৭৭৭—খৃষ্টাব্দ ২৩—'অশম্বা কুম্পাবা অমসুং য়েংখোম শাগৈ লোম' । (৩) খৃষ্টগী মমাং চহি ১০৫৭—২৫৭—'কেগে হায়েম্বা ভাঙোই লৈশেম্বা' ।

( চানিপাল ) মাপু থানা চাহি * ৭৬০০ ( লিশিং তরেৎ চাতরুক ) মুনা হৌখিরাপাকী † মতম য়াম্না কুইরক্লে । ৩.৪২২। নোংথৌ লাইরেপাকী হে রিপুংগু, নগকী সানা নাকয়েলপু মাতম কুইনা হাগুলাপাকী খোইয়ম লাই পুম্নামাক্তি র,লপী পুক্লিঙ তপগুমতারে । ৩.৪২৩। তাইপঙ নোংসাপাল অসিতা মাতম কুমসিঙ হেলনা লৈপিরাকুনো ক্রো থুনা নোংকাপিরক্লো হায়না নাতাইরেম ঐপু হে রিপূংগু নগকী সানা নাখোঙখাতা খৌসিরকয়ে' আসুম য়াকৎচরিঙৈতা ক্রো নোংমত্তোলতাকী তম্পা য়াইরংচালকী তুলাই সঙথোন মাপল সুপাপু কংলা নোংলৈয়াঙকী মাপাল লাইকা য়াখোক সঙতা তুলাই মাঙাল চাওনা থুংলারে হায়এ । ৩.৪২৪ ।

মাপারি ‡ হুইয়োইতোম্পোকপু পাওকৌরাপাকা সানা কম্পাল লাংপু সামু খুৎসিলনারাপাকা পাল্লেম মামা নাওরোইকাপিতা হায়রম্মে,

---

* (১) খৃষ্টগী মমাং চহি ৭৪৪৬—খৃষ্টাব্দ ১৫৪ – 'চৈথারোল কুম্বাবা'। (২) খৃষ্টগী মমাং চহি ৭৫৭৭—খৃষ্টাব্দ ২৩—'অশম্বা কুম্পাবা অমসুং য়েংখোম শাগৈ লোন'। (৩) খৃষ্টগী মমাং চহি ৭৮৫৭ —২৫৭—'কেগে হারেম্বা ঙাঙোই লৈশেম্বা'।

† চহি ১১ ( ১১০—৯৯—১১ ) হায়না পাজয়ে।

‡ (১) খৃষ্টাব্দ ১৫৪—২৬৪—'চৈথারোল কুম্বাবা'। (২) খৃষ্টাব্দ ২৩—১৩৩—'অশম্বা কুম্পাবা অমসুং য়েংখোম শাগৈলোন'। (৩) খৃষ্টগী মমাং চহি ২৪৬—১৪৭—'কেগে হারেম্বা ঙাঙোই লৈশেম্বা'।

'নঙনা পোকপা নাচাকুয়া থৌচাল তাইহেল নাইকুনো। ৩.৪২৫। পুরৈরোম্পা নঙস্নুঙ চিঙলেল পলকোয়নুংকী নিংথৌ ৮৪ (মরিকুমরি) মাকী লৈপাক কোইপা খৈপিকপু ঙমচিংপাপু রোইনা মাল্লেম লৈপাক ঙাক্লো ও। ৩.৪২৬। পারি হুই আহলপাপু লোক্রৌসানা কোলনা নাওয়োক্লক-ও । ৩.৪২৭। আন্নম পাওমেন্নয়াপাকা নিংথৌ পোৎলোই মাসিঙ স্নুনা পিরমএ। ৩.৪২৮। পেরে রাকচি তোল-কোনপা অনিমাস্নুঙ থোঙলেল লমপাওয়াক রাকতোং থারাওচি রকতারোই পুঙতোংলাং হয়েল লালতাপুঙস্নুঙ পুঙচা নোংতমপুঙ পুঙলেল মারপাকপাকা হুমাই সেকপিল চেপতারৈসাপাকা থারাক লৈনা থাংপা সেকপিল মাথোন মাপল স্নুপানাচিংনা মাপারি হুই আহলপাতা পিরয়ে হারতাপারা। ৩.৪২৯।

মৈতেংঙু পাখংপাতি আতিংকোক লায়রিংথৌপু রোনলাপাকা পালপোম মারিমাতা খুৎস্নু মারিমানা লৈতেং পুক্লিঙ হুইএ। ৩.৪৩০। মাসানৌ সিলহৈপিকা তম্পা লয়েমা আনিমানা রোয়-রেৎ কয়া

---

খুয়োইতোম্পোয়া পুজিবা অসি চহি ১০৮ (চামানিপাল) নি হায়না মথাদা থেংনবিগনি। 'সাকোক লয়েন অহাৱা' সী মতুংইন্নম্নু কোয়া চকতা মীওইবাগী পুজি চহি ১০৮ কয়মই। নোংতা লাইয়েল পাখংবানা নোংকাবাদা খুইয়োইতোম্পোকী চহি ৯ (মাপল) দি শুথরে মরম অসিনা খুইয়োইতোম্পোয়া নিংথৌ ওইরম্বাসি চহি ৯৯ (১০৮—৯=৯৯) হায়না পাজরে। অয়াম্বা লাইরিকতাদি চহি ১১০ লৈ।

তুলাই সঙখোন মাম্লুংতা জোংখংলাপাকা মাসানো লাইসানাকা পরেম নাওরোইকাপিস্নুঙ সিঙলেল নৈকী তুলাই আমা তোংনা মাসাপি হৈরোম সিত্তাপাস্নুঙ তুলাই আমা তোংখংলাপাকা বু মং মাপলমাতাকী তপা লাইরেম্বা পুম্নামাপু ঙাইরোইনানা আন্নাং কোরো নোংকাথিরে হারুতাপারা । ৩.৪৩১ ।

নৈপাক পুম্নামাপু খোনসেল মানিল নাইনা মিকপ্নারোএ । ৩.৪৩২ । কোলমুং পুম্নামাপু খোনসেল মানিল নাইরে। ৩.৪৩৩ । ম্লুংকোই সাকোন ম্লাইসানাচিনা সাকোন সঙসাং থলপাস্নুঙ লাংকোই নুরাংপাসিংস্নুঙ মাচিক য়েম্নৌমাপু তংপিতানা সামু মাখোঙ খিন ম্লাওবা খোনসেল লাঙনা মিকপ্নারকে । ৩.৪৩৪ । আহল মাতম বোইরাপা হলমু সম্পোক খোক্রাপাসিংস্নুঙ কম্নাক খেংকোই নিক্না হোথংমক্রাপাকা হলমু চৈসৌ ঙমজাপাকী হম্লাং ম্লুহারাকুম মারেম নৈতা তুথাথরাপাকা তাঙচা মাসম ফা বুকুল নৈতা বোম্না মিকপ্না-খিএ । ৩.৪৩৫ । তারম নাইরৈ থিপা পামেল লিজলোইসিংস্নুঙ তনলা বু বকম্লুংতা সিঙপি থুংতা পায় পামেল বু সা থেক্রা মিকপ্নারা-পাকী লোকমুং মানিল নাই চিঙমাং নাপোম লাওলা মিকপ্নাএ । ৩.৪৩৬ । চিঙপুরোম তমম্না কেলনা সংলো মেনলাংলুপিস্নুঙ মেনলাং লুখোংপুলাপু মারেম নৈতা কেলখোক্রাপাকা মিকল খোনসেল লাওনা ম্লাংলো নমতাং ম্লিথলকএ । ৩.৪৩৭ । লেম্নৈ ঙারম চংপা নুরুম খোইথা হৈপা খুংচারি ক্লিনতাঙ হলপা ম্লিনফুই মাম্লরাং সোনপা জোঙপোল থুংতা সুনা লেম্নৈ ঙারম্লাপাসিংস্নুঙ লাইরক কোলসাং মারিল থল পাংতোল কোলতোন নিলনা মিকপ্নাএ । ৩.৪৩৮ ।

নামু পোং বোইপাতি লৈখিস্নো ক্ৰৌ নোংলোল পাইপা চেকসিনা পোলপী য়োমতম পৈ তনলা বুতোল থল পামেল বুকৈ তোং কোঙয়াঙ বাতোল খুত্তিঙতা বাসা থলকৈ থল য়িনজোল য়িমযাঙ খুতিঙসুঙ চেক্লা খোনমেল খোক্লা মিকপাএ। ৩.৪৩৯। খৌরম অলিসুঙ মাতোমতে। ৩.৪৪০। য়াওয়ো সা বোইপাসিংকা তুপী অঙনপা লাইয়েল আয়েম-পা য়ৈপি সাঙাইজেলনাচিঙা। তিঙপূয়োল তমপু কেলনা মিকপাখিএ। ৩.৪৪১। লেয়ে ঙাযায়োলসিংসুঙ য়োকোক মানিল নাই তুয়েল লাইচা য়িয়ম তায়েংমাতাকী ঙালি ঙায়েল মৈপিঙা য়িসিং খাপং নৈনা মিকপাএ। ৩.৪৪২। মায়েম লৈপাক মনমসিয়া তিনপি লুনাইতাপাসিংসুঙ তিনপি খোনকল ঙনা মিকপাখিএ। ৩.৪৪৩। খাবায় নিংসা হোয়িপাসিংসুঙ লৈখিস্নো। ৩.৪৪৪। তনলা অঙনপা পামেল আয়েম-পাসিংসুঙ মাপী মাচুম তানা মিকপায়ক্লে। ৩.৪৪৫। সানা মাপাল সানা তম্পা মাহৈ মায়োং পালম্পাসুঙ চৌঙ হৈনা মাতুং য়িলখিয়ে। ৩.৪৪৬। পামেল আচম্পাপু বোইয়োলে। ৩.৪৪৭। মায়েম লৈমায়োলসুঙ লৈপাক মাচু মক্লে হায়তাপায়া। ৩.৪৪৮।

মৈজেংঙ নোংতা লাইয়েল পাখংপাকী মাতিক লাইচা য়িয়েল-পুঙকুম্পাপু খৌরম মাতোল লোমখিয়ে। ৩.৪৪৯। মালেম লৈসেয়োল সৈয়োনপা অসিকী থুয়েল মাপুঙ কাপাপু লুয়াং পুক্লিঙ তুয়া না তাচায়াপাতি খাবায় নামিয়েলপু আয়া য়িসৌয়াংতানা আয়াং নোংলৈপাকপু তানকংসুঙেনে। ৩.৪৫০। তাইপঙ নোংসাপাল

আসিভাস্তু পুলসি চারি কুইপা নাওভা খোংতোল সাংনা য়াইকা মিংলেল চৎপাপু তালকংঙৈনে হায়তাপায়া। ৩.৪৫১।

মাঙাং কুরুরেলকী কোলোয় মাপাওতাক মাল্লেম লৈসেম্লোল সৈরোনপা অসিপু আহল কুরু খোইয়ম লাইপু নিঙপা নঙখোয়কী লাইচা য়িহুলকম য়িমু মাচেঙ খোম্না কংকোই মিতম হুলনাকমকী মাতিক ঙমখৈ কংনা ভেংথা ঙম্নমতে হায়পাকী লঙচা মাখৈ লৈতাপাপু সামু নঙখোয়কী নাখোঙখানা ঙাকপিঙম ও। ৩.৪৫২। লাইরেল মৈতেংঙ পামহৈপা ও! নায়ু মৈতেংঙু সিংকী মাতিক য়িরেলপুঙ-কুম্পাপু লোম্না তেংথা ঙমতায়াপাস্তু পালতম খিচিকতা ভেংথায়মকে য়ুলপী পুক্লিঙ পিনা না তা ও। ৩.৪৫৩।

হায়ি হায়া হে । ৩.৪৫৪। লাইরেল মৈতেংগু পাম্নহৈপানা যাহল্লকএ, 'হে! য়িতাইরেম তাপুংপা, লৌরেম্পা খোংনাংথাপা নোংপাল কাপীস্নুভ নগুখোয় আহুম্মাপু যুলপী পুক্লিঙ পিনা না তা ও । ৩.৪৫৫। লৈম্নুং ঃপোইরৈতোলকী তানলোয় তুমল লাংপু য়িয়্ নোংতা লাইরেল পাখংপাকী সামু নাকতা থারম্পাস্নুভ হায়ি খুম্নুং লাংপা চক্কী চুক আহুম্মাতি তারা চেঙগারক্লাপাকা কোলনা চক অকোলপা য়্নিয়্ পাখংপা মাহাকথকতা লোইমোম কৌ মায়োনপু কৌম্নরাপাকী স্নুকমু লৈতম ফেলপানা ক্রৌ নোংথৌ কংপাকী তারা চেঙচোইকাতানা কোলনা চক তমথিপা অসি য়ৌনা কারম পাল্লিপানো। । ৩.৪৫৬। লাহাল খুম্নুং চক য়ায়মাপাতাকী হৌনা লৈপাক পুম্নামাকী নিংথৌ য়্নীমালনাপাসিংতি লোইমোম কৌ স্নুনানা তারা চাতংনারক্লে । ৩.৪৫৭।

পল্লেম মামা অলচানা পায়মা যুলকোয়ম্নুংকী নাওনৌপা মাহাপোল্লী পালকনপাপু ক্রৌ স্নুমিং ৫ ( মাঙা ) নিতা নাঙাইরিবৈতা য়্নথক লাখা আমাপু স্নুমিং ঃচাক্লেল পায়না চোংখংলমলু-এ। ৩.৪৫৮। স্নুমিং ভুংয়ীল তালনা আরাং নোংনিংথৌকী লাংকোই আঙৌপাপু সামু সানিঙ পায়না চোংখংলমলুএ । ৩.৪৫৯। চীঙঙু নোংনিংথৌকী আরাং লাইরৈপাকপু আস্তু মারম লাপ্পা পালনারক্লে হায়পাপু

লাইরিকসিংতা চলনা থম্নল্লাপাকি সাম্মু মাঙতা থানা না তারে। ৩ ৪৬০। চুক ৭ (তারেৎ) মাপু সাম্মু মাঙতা থানা হৌখিরাপাতা কোলনা চকপু য়েৌনা নোংলেল খাওনিঙ চোনকুম চোনলম্পাকী তারা চেঙচোইকাতানা পাল্লম্পাপু বোইরাপারা? । ৩ ৪৬১। হায়েং স্নিবৈত্তাক তুংঙালপাজাকী লাইরিক মাহে চাওপাসিংনা না তারাপাকা রারম নাতৈ চাতাপাকী লৈপাক মায়েং তানাঙৈনে। ৩.৪৬২। স্নিপোইরৈকী থৌরম অবোইপাঙ্গুঙ লৈপাক তুংঙালপাসিংনো না তারাপান্নুঙ রারম আনিমাপু লাল্লেল নাতৈ চানা লাইরিকসিংতা চল্লম ও' হায়থান্নাপাকী রূপ্নোকী তাপুংপা, লোরেম্পা খোংনাং থাপা, নোংপাল কাপী আহন্মানা রাকৎথিএ, 'লাহল স্রিমাঙকীনা মাথং হায়রম্পান্নুঙ খেংথোক ঙমলুরোইএ। ৩.৪৬৩। মাঙাং কুরুরেলকী কোলোয় মাপাওতাকপু নাত্তাইরেম লীখোয়না না তারকপা মাথৈপু মাল্লেম লৈসেম্লোল সৈরোনপা অজিতা লাইরিকসিঙতা চলনা তেংথারয়ে। ৩.৪৬৪। হেং নিংথৌ লৈমাপা ও পুল্লিঙ থাচাখোইনা ক্ষা তা ও। ৩.৪৬৫।

আসাইঙৈকী নায়ু মৈতেংঙ খুয়োইতোম্পোকতি পাথং মাথোক্লকপাকী লাংকোই মাচুমজাপা সাম্মু ১০০ (চাতারেৎ) কী পালকন মাপা তয়ে। ৩.৩৬৬। মাথংলোয় তায়েৎম্নাক্লা লোয়নানা অরেং লৈনা প্লাংপা রূমথলেন্নতা হারাও স্নোরতাঙনারিঙৈ ক্লৌ লোংখাংপালকী য়াংকোই সাকোন মানল্লীথাক আনিতংপু সাকোন, মাপুক তম্না চাকজারাপাপু নিংথৌ ম্যাপারি খুয়োইতোম্পোক্লা চেংলৌ

মিংখিংলাপাকী মাতাইরেম লুংপা লৌসিংপাকা কোইপা আকনপা আনিমাতা সামু খুৎপু থীলনা পাওত্তাকথিএ, 'হে লোইনা আপাম্পা নাপিঙজাপু য়েংও য়েংও। সাকোন মানলীথাক আপাইপা আনিতংপু সাকোন মাপুক তম্না চাকতারাপা অসিপু য়াংকোই সাকোন কাসে' হায়না মাতাইরেম কোইপা অকনপাম্ভ নিংথৌ মাপারি-কা অনিমাপু পানপা কৈচোং তমকুম চোংসিলথিরাপাকা সাকোন মালোং লান্না কারাপাকা কোইপা আকনপাতা য়াহমখিএ" 'পাথৌ কোইপা আকনপা নঙপু সঙকাই য়িকোনলোয়তাকী সাপোং সাপস পুন্নামাপু লৌরুও' হায়না থৌসিথীরীতৈতা পুন্নে মাসা সেং থৌরি তোংতম তানা য়াংকোই সাপুলনারমএ। ৩.৪৬৭। পুন্নে মাপাল হেক্কা সাকোন মারাইপকতা থেৎনা সিঙলেল লৈসারে। ৩.৪৬৮। আভুনোংকী য়েনলাং মামিংথোংপু পুন্নে ও ভৌনা মিংথোলনারমএ হায়তাপারা। ৩.৩৬৯।

খুৎচারি চিনপুল হাপা য়াংকোই সাকোন সেম্নে। ৪.৪৭০। খুয়োইতোম্পোক নিঙখিলাম্ভ সাকোন মানলীথাক অপাইপাকী লালসা সায়াঙথকতা নাওরা মারাং কায়না তোংখৎলে। ৩.৪৭১। সাকোন লালসা আমাত্তি লুংপা লৌসিংপা কোইপা আকনপা আনিমনা তোংখৎলাপাকা ন্রিংথৌ মাপারিকী হৈনা মাভুং য়িল ক্কৌ ঙমথানা পাইথংরীরে। ৩.৪৭২। নিংথৌ পালপা লৈপাক কারামারমপু চেংলৌ মিথিংলৌএ। ৩,৪৭৩। সাকোন মাতুং

ম্লিলনা অৱাং নোংনিংথৌকী খোয়ম মাথোঙচিন্তা ৱাইথুংলুৱে হায়তাপায়া। ৩,৪৭৪।

নাইকা থোঙসঙহলপানা খুংকাং চেপ্পারোলনা ৱাকংখিএ, 'হে ম্লিপুংঙু খোইয়ম লায়ম্লিংথৌ ও! নামু পোংপাচা অহুমতংপু চীঙঙু নঙকী সাকোন মানলীথাক আপাইপাপু তোংনা চীঙঙু নাথোঙচিন্তা ৱাইথুংলারে' হায়না ৱাকংলাপাকা চীঙঙু নোংনিংথৌনা ৱাহম্লকএ, 'হে নাইকা থোঙসঙহলপা নঙপু নামুপোংপাচাসিংপু থুংনা পাওকৌসীল্লক ও' হায়থারাপাকা নাইকা থোঙখৈ ভাকপানা নিংথৌ মাপারিপু পাওকৌসীলখীৱে, । ৩.৪৭৫। অৱাং নোংনিংথৌকী সামু মাঙতা থানা পাওহংঙমএ, হে! নামু পোংপাচা নঙখোইতি লৈপাক কাভায়তাকী চীঙঙু য়ীকম্লেলপু ম্লিলতাল্লকপানো?। ৩.৪৭৬। নাপল কানানা পোকপানো?। ৩.৪৭৭। পম্লেম নামাস্নুঙ কানা নো?। ৩.৪৭৮। কোলোয় নামিংথোংস্নুঙ কারি কৌপানো'?।৩.৪৭৯। হায়না পাওহংখোলকী নিংথৌ মাপারি খুই আহেনপানা পাওখুমখিএ, 'পলথৌ য়ীপা পোকমাপাতি লাইরেল মৈতেংঙু নোংতা লাইরেল পাথংপা ও তৌনা কৌএ। ৩.৪৮০। পম্লেম য়িমা চোয়নৌ কম্পাল লৈমাতি লাইসানা ও তৌনা কৌএ। ৩.৪৮১। কোলোয় ৱামিংথোংতি খুইম্লোইতাম্পোক ও তৌনা কৌএ * মূৱাপালি লৈমায়োম্তাকী

* মূৱাপল্লি (মূৱা—সমূদ্রাগী পল্লি) হায়না ইবা থেংনৈ। মূৱা নিংথৌ কৌৱদি পাথংবাবুস্নু থঙই অহুপা ম্নাইস্কুলদা পানবা নিংথৌস্নু থঙনৈ হায়নস্নু ই।

চীঙঙ্ নাকয়েলপু য়িলতাল্লকপানে' হায়না পাওত্তাক্লাপাতা চীঙঙ্ নোংনিংথৌনা খুই নাহা য়োইরেলপাকী সামু খুৎচেং লাক্লা চিং-সিল্লাপাকা য়াঙলেন তোংয়ায় সিৎ সম্লাং তোলকা নালনা রাহমখিএ, 'পল্লেম নামা চোয়নৌ কম্পাল লৈমাতি তম্পা সিলহৈপিকী খোই-মোম মাসারোল্লে, পলথৌ নাপা পোকমাপাতি খোইয়ম অতোপ্পা চীঙঙ্ মারোন হুকপাপু নৎতে। ৩.৪৮২। চীঙঙ্ পুম্নামাকী য়াই-পীতোন নিংথৌ-ন' । ৩.৪৮৩। অরাং নোংলৈমাস্তু নিংথৌ মাপারিকী সামু নাকত্তা কম্না সম্লাংতোলকা নালনা রাহমখিএ, 'হে! নাওন্না আপিসা নঙপু নোংলেল খাতাম্পা অসিতা কাবম য়িলতা-ল্লকপানো' হায়না য়োইচালপিঙাম এ হায়তাপারা। ৩.৪৮৪।

মামোম লৈমা নোংমোইন্নু আহেনপিনা পামুতঙতু লৈন্নুংসি কাওঙমতাপাকী মিংথৈ চুসিল লাংপু লাংথুরাপাকী ক্রো নোংতাম-তানা হৈয়াঙ আসং য়েং তাওচিঙ আমুল খন সলখোম আকম আহিংপা সিঙলেল চুনাপা লৈরাং য়োইনম্পাকী পারেং ঙঙকোই সেম্না খোয়নৌ মাতাসিংপু ক্রো নোংতামতানা খুইয়োই-তোম্পোকতা সামু মাখুৎথোলপু য়োহল এ হায়তাপারা। ৩.৪৮৫।

ক্রো মুমিৎ তারানি স্নসিলক্লাপাতা চীঙঙ্ নোংলাংপালকী খোইয়ম লাই পাখং অকনপাসিংনা অরাং নোংনিংথৌকী সামু

---

'... কোয়চক্কা মুরাপাল্লি কৌরপ্পী ।'—'অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস'।

মাঙভা থানা মুঙলেল চাওথোইপাকী থৌতু মুঙতুম হলনা হান্নাও পাওসানাপাকী পাওসা কুমহৈ য়েংকে হায়না কিরোর মালিঙমু লেংলোয় খোঁথাংনাপাকী লংলা মাঙাল নাই ঙোমারি নমসা তোমখিলনা মাতাইরেম লুংপা লৌসিংপা, কোইপা আকনপা আনিমাপু ঙাইরোইনানা থৌতু মুঙহলকমপু য়িলতাল্লক্লে। ৩.৪৮৬। খোইয়ম লাই পাখং পুন্নামানা রাহমখিএ, 'নাওরা পুক্লিঙ হুএ' হায়না সোলমোইনারিঙৈতা খোইয়ম সরায়েলনা পাওকৌঙম এ । ৩.৩৮৫। থাঙচু কমতেং থানা কম্ফমহল্লাপাকা চৌঙঙ সরায়েলনা রাহমখিএ, 'হে মুরাপালি নিংথৌ নঙপু খোইয়ম লাই পাখংসিংকী হারাও পাওসানাপাপু নাওরা নঙপু য়েংতমকাপারা ?' হায়না রাহমক-পাপু খুই য়োইরেলপানা পাওথুমখিএ, 'ঐপু নামু পোংপাচানে । ৩.৪৮৮। চেঙচা লেঙঙমতানা থৌতু থাংঙম্লোইপারা খঙতে' হায়না খুইয়োইতোম্পোক পাংকনপাতি চৌঙঙ নেংনিংথৌপু পুনেম্লাপাকা থৌতু মুঙতুম চাওথোইপাপু সামু লেংতোল থকতা থাংকৎলপাকা চেঙচা থাংঙমতাপাকী সামু কমপেৎননা তুংসানাখিএ । ৩ ৪৮৯। চৌঙঙ নোংনিংথৌনাচিংনা য়ারা খোনসেল খাক্লা হারাও ঙাই-নোক্লাখিএ। ৩.৪৯০। অরাং নোংলৈপাকী খোয়ম লাই পাখংসিংনা রাক্লখিএ, 'নামু পোংপাচাকা খোইয়ম লাই পাখংসিংকী কারম মানলনারাকাপানো' হায়না পাওমেল্লাপাপু খুইয়োইতোম্পোক আকম-পানা না তারাপাকী পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ নোংসা মাচুম ভাকুম্পাতি রুলপী মাখোয় সাওনা হৌকৎলল্লাপাকা সারেঙ পাজপু ভিং রাক্লেন খোংখৈ চিক্লা মুঙলেল চাওথোইপাপু সামু লেংতোল থকতা

থাংকৎলাপাকা হুঙলেল আয়াক তম্না হুলথোকথিপাপু পালতম লাকঙমতানা হেলথিরাপাকী থোইয়ম লাই পাথংসিংনা তাল-কংঙমতারাপাকী থোইয়ম পুম্নামাক্তি রু লপী পুক্রিঙ ঙক্না নিঙখনথিএ, 'নামু পোংপু নারিয়োইএ। ৩.৪৯১। চীঙঙ মাসারোনপুনারিঙৈনে' হায়না নাপা চীকথেম্নানা রাক্সাথিএ। ৩.৪৯২। চীঙঙ নোংনিং-থৌনা থোইয়ম মাকয়েলতাকী য়াঙনা হৌকৎলক্লাপাকা খুই আকনপাকী খুচেং হংসি লাক্না সংকাই মাকোনলোইপু তালনা চিংসিলথিরাপাকা মামোম নোংমোইম্নু আহেনশিপু ললকুপিথিএ হায়তাপাম্না। ৩.৪৯৩।

লৈরেল লৈচাওকা সমসি হুকতুংথাংসুঙ সমসি লৈতারেঙকা, থাপক ঙৈথোমকা লীক্নি মাঙাল নাই, কোনলোয় খুৎসি মৈথাঙপা খুত্তোল খুৎতাংকা খুৎয়োম খোঙখুমকা লৈতেংলাপাকা খুইয়োই-তোম্পোকসুঙ লৈরেল লুথক চিল, নিঙশম চারিখম লাংমৈপুঙলেল চিল, রাহোং থোক্রোই থেৎ, মুহোঙ খোঙথাঙ মাসিঙ সুনা থৌতৌপিরাপাকী মুহোঙ মামিং লৌনা নোংমোইম্নু আহোঙপি ঙ তৌনা কৌএ। ৩.৪৯৪।

সিলসু লৈমী সিলয়াং থাঙ, পুকপ রাইরোই থাঙসুঙ কাচেং থাঙকোম রাকুম্নাসুঙ ললরুলপিথিএ। ৩.৪৯৫। সাম্নো মাঁতৈ মনাও আমিমাসুঙ মামাল আমিমাসু পুলেমম্নাপাকা নামু পোংলৈপাকপু তালনা হোইথিম্নক্রে হায়তাপাম্না। ৩.৪৯৬।

* নোংমোইম্ন আহোঙপিকা সানা কম্পাল ভোংমানারে । ৩.৪৯৭ । ক্কো নোংলাংপালকা সা সাপু সাকা কোনঙৌ মুঙভোং-মুঙ সাঙ্গি ভোংলৈ তারেঙকা মলথাঙ মলতামুঙ রায়রৌ পাম্পা মুখাম থাঙকা কোকচারাইচা সিলরাং থাঙকা মোংপায়োই সাকাইতা নেমথাপিরকএ । ৩.৪৯৮ । থাঙলেল চকপা থাঙকোত্তি হান্নি চকঙৈকী থোক্লক্রে হায়পাকী থাঙলেল মামিংথোংপু চকপা থাঙকোন ও ভোনা কৌনারক্রে হায়তাপারা । ৩.৪৯৯ ।

য়াওরৌ য়াও সারুন খৈপিক্লা পুঙভিংপাপু পুঙলোল থোকপি-তারাপাকী কাওরেল সারুন তিংনা পুঙলেল পুঙলোন থোক্লক্লাপাকী কংলৈ পুঙলেল য়াইকাপা ও ভোনা কৌএ হায়তাপারা । ৩.৫০০ ।

* ...'মৈদিংগুদি নিংথৌরেল মোমন্ন রাংঙম নোংপাক্লোন নোং-মোইম্ন ও অহোংবী ওইথম কম্বাল লাংনবা লুহোং লুভিন তমথরে ।' 'নিংথৌরোল শৈরেং ( অহানবা শরুক )' ।

'নোংমোইম্ন :—পম্বৌ মপা পোকপবু লাই-হুইবদি মুংমু নুংঙৌলৈমা, সনা-নুংকাল ভোংকবীনা লাইহুইএ পলেম মমা পোকপু চাতানা লাইহুইবদি সিনপী লৈমা লৈতং নিংথৌ চম্নুনা চাতানা লাইহুইএ পলেম মমা পোকপু সনা লিক্লাই য়েনবদি চীংউ লৈমা থাকপা নিংথৌ চম্নুনা সমা লিক্লাই য়েনলে, তাউথিংমাং য়োইহৈ-ভোননে ।' লৈথক-লৈথারোন' ।

নোংথোইদু আহোওপিতি হৈরাও মাচা রাদি তাওচিও মারি পালপাপু লোইতাম থাসিড স্বরক্লাপাকী নাপারি আমাপু নৌনাও-রক্লে। ৩.৫০১। হুমিং চৈরোন তারক্লিকী নাওরা খুপাল থানা ১৩ (তারাহুমদোই) নি স্বরক্লাপাকা ফুরোই রাল্লে কায়না মোংপা রিম:সংহক্লে। ৩.৫০২। চাহি কুমসিঙ ৭ (তারেৎ) স্বরক্লাপাকা নাহুৎ নারেংকা লাংলা থোথাং থোম্বুও থোরম মাতোল লোমথিরে হারতাপারা। ৩.৫০৩।

মাপারি আনিতংস্বুও নৌনাওরক্লে। ৩.৫০৪। মাপৌকি থারালপিগাকপু মাকমৈ থোরি রেংনা কোলোয় মামিং থোলপিথিএ। ৩.৫০৫। নিংথৌ মাপারি রোইমোংপা ও তৌনা কৌএ। ৩.৫০৬। লাংকোই মাচুম তাপা সামু ৪৫০ (চামারিরাংথৈ) কী পালকন মাপা তমএ। ৩.৫০৭। মাসানৌ তাওথিংমাওতি লাংকোই মাচুম তাপা সামু ৬০০ (চাঁভরক) কী পালকন কনএ। ৩.৫০৮। মাসানৌ রোইহৈতোলতি লাংকোই মাচুম তাপা ৪২০ (চামরিকুন) কী পালকন মাপা তমএ। ৩.৫০৯। মাপারি আছম্বাকী থোরম মাসিওম্বুনা তৌরম্নাপাকা মাতম রারেল স্বরাপাকী মাপারি * রোইমোংপাতা

* খৃষ্টগী মমাং চহি ১৪৭—১২৮—'কেগে হারেম্না তাজেই লৈশেম্বা'। অম্মম্বা লাইরিকুত্তা মৈয়েতেংঙ্গু তাংজোই রোই:মাংপারু নিংথৌরোলদা চল্লে অছুবু লৈপাক তাকহন্নিদি হায়না ইথা থেংনৈ। "নিংথৌরোল শৈরেং (অহানবা শরক)' কি মতুংইনলা নিংথৌ

সাম্নু খুৎসিলনাৱৱত্রে। ৩.৫১০। 'নাপল ঐপু চাহি কুমসিঙ ১০৮ (চামানিপাল) অসিপু হেলনা লৈকাৱোই হায়না সানৌ মাতৈ য়ানাও আনিমাপু সিঙলেল লৈকী ফুলাই ভোংনা আৱাং ক্রৌ নোংকাখিয়ে হায়ৱতাপায়া। ৩.৫১১।

হে! লুৱাং হোঙলেম লৈকোইপা ও! পোইৰৈ মৈতৈ লৈপাকী খোৱম ৱাইচিলপা আমাপু তৌসিল্লক্রে ৱুলপী পুক্নিঙ পিনা না তা ও। ৩.৫১২। লাহালনোং সারি লাই হিংচাকী মাপারি চিৱংপা ও ভৌনা কৌএ। ৩.৫১৩। লাইহিংচা চিৱংপা আতুনা চীঙ্গু থানা চাউপাকী তাওচিঙ হৈপান ফুন্না হুৱল্লাপাকী খোৱম মিচৈখোলনা পোলপীকুম মাসা পাল্লক্রে। ৩.৫১৪। কাক্রেল হিংচাপাপু ৱোইৱক্রে। ৩.৫১৫। লাংকোই মাচুমতাপা ৪৫০ (চামা-রিয়াংখৈ) কী পালকন কনএ। ৩.৫১৬। সুকুস্থ লম্লৈ থাকী ৱায়ৱং লমকোক্রেলতা কাক্রেল কম্পী ৱোইৱাপাকী ক্রৌ নোংতামতানা থাপি মাক্রেম নোংলেপতানা মুৱা মাথোক্লকপি পাথং ৱাথোক্লকপা নামু পোংপুৱ আনিস্থনা লুক্রেল চাকসুক কৎকুম্না কাক্রেল মাচিনচাকপু

তাওথিংমাঙনা কম্বাল ভোংবাসি নোংদা লাইগী কুমশিং ২৫৬ (চনি রাথৈ তরুক) ভনি; নোংদা লাইগী কুমশিং ২৭৫ (চনি হমত্রা মঙা) কাওবা য়োইবোংবাগী ৱাকম পাল্লি অহুনা চহি ১৯ (২৭৫—২৫৬ = ১৯) হায়না লৌজবানি।

ম্রোইনা চাসিল্লকপাপু চকপা খুলকও তাকসিল্লক্রে। ৩.৫১৭। নাওরা লাংচেং মাকারকপি আনিভংপু হারেং ক্রৌ মুমিংমাত্তি কাক্লেল মাচিনচাকী আঙাং মারালল্পু ম্রোইসিল্লক্লাপাকী নাওরা মাথোক্লকপি আনিমাত্তি ম্রিল্লুং সোইপানা হাল্লাকানে হারপাকী আচেন খোঙলৈ রাঙলক্রে। ৩.৫১৮। ম্রিল্লুং থা মম্পাতা রাংলৌ লমথুল খঙতাপাকী খোইমা নারক আসোঙপা পামেল রুরক আমংপাপু খারনা রাংলৌ লমতাং সিংলক্রে। ৩.৫১৯। তিংখং খোঙয়ু খোই ম্রিমু ফিরাক সা তুরেল লাইচা কৈনা লারা ম্রিল্লুং কৌপা সোইরক্লাপাকী আঙাং লাংচেং মাথোক্লকপি আনিমাল্পও মৈতেংঙু মাথোঙচিন্তা রাইথুংলারে হায়তাপারা। ৩.৫২০।

য়োইমোংপা তাওথিংমাঙ সানৌ মাচি মানাও আনিমাল্পও লাইচা তুতেংপাকী তুতেং মারিল লোমতারিএ হায়না নোংনেম খানা পাংপারমতা মারাল থৌচংকে হায়না থৌরাঙঙম্পাতা নাইকা খোঙসঙহলপানা খুংকাং চেপ্পা ম্রোপনা রাকৎচাখিএ, 'হে ম্রিপুংঙু নিংথৌ লৈমাপা ও! আঙাং লাংচে মাথোক্লকপি আনিজংপু মিপাই লাইখংনরা নিংথৌ নাথোঙচিন্তা রাইথুংলাএ। ৩.৫২১। সানা নাথোঙখাতা পাওতাকপিরু ও রাহমচারকএ' হায়না রাকৎলাপাকা মৈতেংঙু তাংতোই ম্রোইমোংপানা রাহয়কএ, 'হে নাইকা খোঙসঙহলপা' মঙপু নাওরা আনিমাপু থুনা পাওকৌচিরক ও' হায়থারাপাকা নাইকা খোঙসঙহলপানা আঙাং মাথোক্লকপি আনিমাপু নিংথৌ মাঙতা থান্না পাওকৌসিনথিরাপাকা সিনৌ লাসিং তীনকুম নৌথোইপি আনিমানা

সামু থংচম্নানা পুনেমখিএ, 'হে য়িপুংঙ্ নিংথৌ লৈমাপা ও। মুকুম্ লম্নৈ থাকী সিঙচঙথোক য়াইকোম্রেলডা কাক্লেল মীসা চাপা আমাপু চিঙলেল পম্লাংলাকুম চাওথোইএ। ৩.৫২২। ক্রৌ নোংডামতা থাপি মাম্রেম নোংলেপতানা নামু পোংপুম আনি আনিম্নুনা কাক্লেল মাচিনচাকপু য়োইনাপা কংহলএ। ৩.৫২৩। নাপোইইবৈ সানা পুঙমায়োনপু মাঙসিম্ম'ক্ল। ৩.৫২৪। আসি ক্রৌ হুমিংথাভি নাভাইরেম রিপিঙভাকী সাক্লক লৈঙম থোক্লক্লে হায়পাকী সানা নাখোঙথাপু য়িলতাম্লকপানে। ৩.৫২৫। হে! য়িপুংঙ্ নাথৌচালনা নাভাইরেম রিপিঙভাকী থাবায় য়িথিরেলপু কারম ঙাকপিকাপানো' হায়না পুনেমথোলকী মৈভেংঙ্ ঙাংঙোই য়োইমোংপা তাওথিংমাঙ সানৌ মাচি মানাও আনিমাসুঙ লিক্লং মাথুংম্ব ভেলপী য়াইয়োইপাকা য়াংকোই সাকোন থোঙয়োইনানা নোংনেম থানা পাংপায়মতা হুয়েল লাল তায়ক্লে হায়তাপায়া। ৩.৫২৬।

নামু পোংপাচা থাবায় পুম্নামানা য়াংলৌ লমখাঙমাতা মাম্রেম লৈতা পক ফুপাক লৈতাই তু সম্লাং কাখানানা পুনেম-ঙমএ। ৩.৫২৭। মুরা চেংলৌ সকোই হেনপি পাথং লাংচেং মাথোক্লকপাসিংম্নুঙ য়াংলৌ লম্ফাই তু সামু থংচম্নানা বাকংচাঙমএ, "লৈপাক পুম্নামাপু কাক্লেল মাচিনচাকপু য়োইনা মাঙসিম্লক্লে। ৩.৫২৮। নাভাইরেম য়ীথোইম্নুঙ সাক্লক ঙমথুংমাপু য়ৌয়ক ভারিপাকী পায়মা নিংসা হোলনা লৈচাঙাম্পা নাভায়ম্বে। ৩.৫২৯। নাভাইরেম পুম্নামাপু ঙাকপিরম্মো' হায়না লম্পাল য়েংলম

ৱোইরমতা হুলদু সায়ায়ক'পি হুলপা মায়েং চলপাসিংমুঙ চৈসু পালোইনানা পুনেমণ্ডমএ হায়ভাপায়া। ৩.৫৩০।

সানৌ ম'চ মানাও আনিমাসুঙ কাক্লেল মাকয়েলপু তাদনা চংখিয়াপাকা কাক্লেল হিংচাপাপু সামু মায়ওক্লাকয়াপাকী চেক্লা মায়াই লোঃ পোলপী মাঙক কাঙনা মীৎয়েং সানখৈঙমএ। ৩.৫৩১। লাইরেল পৈতেংঙ য়োইমোংপানা ৱাহমখিএ, 'হে চেক্লা হিংচাপা নঙপু লাইচা তারঙ য়িৱাংমাভা পোলপী নাপুক তম্না পালচারক্তনে। ৩.৫৩২। নামু পোংলক চঙনা কারিকী চাকভায়াপানো ? ।৩.৫৩৩। তাইপঙ নোংসাপালতা পুলসি চাহৈ কুইনা কারম পালনিং-ভাপানো ? ।৩.৫৩৪। হে চেক্লা আপঙপা পোলপী নাৱাংপা নঙনা য়ীপোইরৈপু কারম মাঙনাপা খোৱাঙলাপানো ? ৩.৫৩৫। আসি ক্রো মুমিংমাকী মাখৈপু চেক্লা নাপুলসিপু লোয়াক্তনে। ৩.৫৩৬। ৱায়না য়ীভেলচানা পোলপী থাৱায় নামিরেলপু খয়ে মিলুংতা থিগহনুয়াপাকা চেক্লা নাসা আচৌপাভি ৱায়রা সানৈনা ৱাংলৈ য়নৈনানা নামু পোংপাচা আয়াম্পাপু য়ূলপী পূরিঙ থুংহল্লাকে' হায়না ৱাহম্পাপু নাতায়াপাকী চেক্লা খোনসেল থাক্লা ৱাহল্লকএ, 'হে নাওরা আপিসা নাপিঙভাপু মায়কৈ কাভারয়মকীনো ? ।৩.৫৩৭। পোলপী য়ীতিক খঙতানা কারম ৱাহল্লাপানো ? ।৩.৫৩৮। লাগাল য়িয়ু লাইচা পালকন য়াপা ভাম্পাসিংপু নাপোইরৈ পুঙমায়োন অসিভা থুম্না মাঙহলএ হায়না না তাপাকী য়িয়ুসিংকীভামকপু কায়োঙ থুংথুমকে চেঙপুম মনাওতোল কুম্পাপু

চেম্না ভালনা লাপসিংকে হায়পাকী চেক্লা ঐনা রিলভাল্লকপানে। ৩.৫৩৯। অসি ক্রো মুমিং হুম্নীম্নুনা তারা চাহেলওয়ে। ৩.৫৪০। নাওরা নাপিওওাপু হালনা তারা চাভংনাখিকে। ৩ ৫৪১। লাংকোই নাখুনেৎ সামু লুরাংপানাচিংনা লাম্নী পুম্নামাস্নুও কোলনা তারা চামী-নাকে' হায়না চেক্লা নাপল মায়াইকানা পাওমেল্লকপাপু নাভারাপাকী মৈভেংও রোইমোংপাস্নুও উলপী মাখোই সাওনা লিরি ভেলকা থোং লিচিং নাকোও কংনা রায়রা ভেলয়াম কাপসিলখিপাপু পোলপী সাকন হুম্মারক্লা রায়রা থাকভেক্লানা হুমথেক্লাপাকী লাইরেল মৈভেংও রোইমোংপাস্নুও অনৌপা মুওলেল মুওতুম হুল অনলা পানপী ফুক পামেল কৈনা রংনা হুয়েল লাল সোক্লাএ। ৩.৫৪২। পোলপী মাখিনাইনা ওাংওোই রোইমোং-পাপু সামু হাকথেং কংনা ভালসিল্লক্রে। ৩.৫৪৩। ওাংওোই রোইমোংপাস্নুও চেক্লা মায়াইপকতা পামেল কুহি বুপান 'মাপু রেনলাং সৌকায়ী কোইকুম্না কোইথোক্লাপাকা চেক্লা সাকন তম রাংলেল নময়াও রিলনা চৈপীখিপাস্নুও পোলপী পোওসীন তুহাওমাপু কেল্লুওমভে। ৩.৫৪৪। পোলপী মারৈতম চেক্লা মাখা কাক্লা রীনসিল্লক্লাপাকা মৈভেংও ওাংওোই রোইমোংপাপু রোংসিল-খিরাপাকা ক্রো ওমথংননা পাইথংখিপাপু থৌতু আক্লম্পা চেওচা থাংওমভাপা মুওকুম্না পৌলপী মাহাম্নাংপু লেওওমভানা চেক্লা পুক্লিও ওক্লক্রে। ৩.৫৪৫।

পোলপী থৌরীস্নুকী রাওবা থোনসেল পিক্লা লাওথারকএ, 'হে সানৌ চীওথোও রাইমাপা নওপু নাসাপি ঐপু লিলসাং

খিপোঙপীপু য়ৌসিলখিল্লাপাতি নিংসা চারম ফুলনা নোংমলাইঙনে ।৩.৫৪৬। সানৌ নঙকী য়ায়ল্লা নাভেলচাপু খিত্তানা কাপথৎলকও' হায়না লাওথারকপাপু মাসানৌ তাওখিংমাঙনা ক্রৌ নোংলাং পালতা লাওথৎখিএ, 'হে সাপি য়িপুংঙ্ নঙপু কংসানা মিংখৈল্লেলপু নৈভোল পোংথা নাইতানা সোল ও।৩ ৫৪৭। থামোই লাইনিঙ কাওকুনো ৩.৫৪৮। নাসানৌ ঐপু নৈরিএ। ৩.৫৪৯। হে! চেল্লা হিংচাপা নঙস্থ লালসোক নামায় নৈনা মায়কৈ কাতাইরম হুয়েল লাল চেনকাপানো চেনকারোইএ। ৩.৫৫০। মাসানৌ ঐপু লালকম খুনঙমখিল্লাপাতি চেল্লা নামায় পাকইঙনে ।৩.৫৫১। ভলপা নীপা য়োইপাকী পালপোম মাতিক কংনা মায়েম নৈপাক ঙাকে হায়না ঙাইথমিপা মাহাক্কে। ৩.৫৫২। সাপি য়িপুংঙোতি খোইরম লাইপু নিঙপাকী পালকন মাতিক কংনা হুয়েল লাল সোকপিতাপাকী লালকম নামায় পাক্কে হায়না নাপল মায়াই কাহিকুনো। ৩.৫৫৩। পোলপী কংতাপা নঙপু ঙাই-থমথো' হায়না ভেলপী য়াইয়োইপা আমাপু খোইরম লায়মিং সোল লিচিং নাকোঙ কংনা কাপথংখিপাপু আতিংঙা লমথাঙমাতা ভেলপুম আছমথোল্লা সায়োনলাপাকা য়ায়ল্লা ভেলপুম 'মানা পোলপী পুল্লোপ আহোম্পাতা ভেলপায়ুরে, য়ায়ল্লা ভেলপুম 'মানা চেল্লা কৈকন আনিমাপু জুনা পায়ুরে, য়ায়ল্লা ভেলপুম 'মানা চেল্লা সাকন আনিমাপু জুনা কাপজু হুইয়েল লোকুম্মা ভেলপাল পোংলুম পিল্লাপাকী মায়েম নৈভায়ক্কে হায়তাপাল্লা। ৩.৫৫৪।

ম্যাসানৌ তাওখিংমাঙন্নুঙ চেক্লা নাকতা নক্লা চেলম্পিলখিরা-পাকা থাঙলেল মাখৎন্নুনা চেক্লা খৌরী কাৎনা মাসাপিপু সম্ কৈপম্লানা থাংখোকলুপাপু নিংসা মাখোঙ থিন্না নোংমলকে তোঙমাপাকী হুকসাং কুচু তাইনা চেংলৌ মাসক রোনওয়ে । ৩.৫৫৫ । মাসানৌ তাওখিংম'ঙনা খুৎকাং চেপ্না রোলনা পুনেমখিএ, 'সাপি মিপুংঙ নঙকী খোইখুম লাইনিঙ খৌপু কারিকী খৌকাওরাপানো । ৩.৫৫৬ । নাসানৌ ঐকী চেংলৌ মীসক রোংও' হায়না ম্যাকম মারী সেম্লাপাকা পায়মা নিংসা হোল চেংলৌ মামিৎ পাঙনা মাসানৌকী মকখোং চিংনা রোং ঙঙখি লুম্লাং কোলনা রাহম্লকএ. 'রিসানৌ নঙতি পলঃথৌ রীপা মাহারে' হায়না মাসানৌকী পাকবন মাতিক থাখৎননা য়োইচাম্লারাপাকা কাক্লেল মাপুক কাৎলে । ৬.৫৫৭ ।

কাক্লেল মাপুকম্লুংকী নামু পোংপাচা কোঙকায়মাতি আমল খয়ে কুম্লা নোংমলঙয়ে । ৩.৫৫৮ । থাবায় কোঙকায়মাতি মিরেল হিংনা লৈঙমএ । ৩.৫৫৯ । মিরেল হিংচা ঙম্পাসিংনা কাক্লেল মাপুকম্লুংকী খোক্লাপাকা য়োইখোংপা, মাসানৌ তাওখিংথাঙ আনিমাকী সামু মাঙতা খুৎকাং থংচপ্পানা পুনেমচাখিএ, 'হে ! রিপুংঙু সানৌ নাচি নানাওকী খৌচাল নারুম্পালনা খয়ে মিম্লুংকোলকী রাম্লরা নাতেলচানা কারম পুখৎপিরাপানো ৩.৫৬০ । সানা নাখোঙথাকী খুয়ে খুতায়োইপু লোইচলপিরম ও' হায়না পুনেম্লোএ হারভাপায়া । ৩.৫৭৯ ।

চেন্না হিংচাপাকী পান্নমা রূলকোইনুংতা মান্নাল হুমবোই-নাতৈভা পোলপী মাচিনচাকী য়োৎসিলখিপা খৈপিকপু চকপা পুন্নামাকী তান্না মাচিনচাকপু য়োইয়ক্লে হায়পাকী চিনচাক মাতুংন্নিলনা সাথৈ আমাংপা চকপা হাও য়োইপাকী সন্নাইসিঙতা চন্নাপানে ।৩.৫৬২। লোইপী চিঙতা তোংনা নামু হাও য়োইখিপা খৈপিকসুঙ চিনচাক আহাওপা তান্না চাতং হৈতাপা সংলৌ য়েনমাং কাতাপা কাওয়েল সলসানাচিংনা কাইয়ৈ য়েম্লুমাসুঙ, য়োক্লেল চিন্নাইতাঙকা, তাওপা হুইখৌন্নাঙসুঙ, হাওতৈ আয়াকপাকা সিলকম মাঙামা অ'সিপু চিনচাক মাহাও পাম্পাকী কোলোন্ন মামিংখোংপু নামু হাও য়োইপা ও তৌনা খোল্লম্পানে হায়তাপান্না । ৩.৫৬৩ ।

লাইয়েল য়োইমোঙপা মাসানৌ তাওখিংমাঙকা সানৌ মাচি মানাওনা কাক্লেল হিংচাপাপু সামু খুৎথুম চলনা নোইংংলম্পা মাকম্পাল্লকী পোইয়ৈ মৈভৈ লৈপাক পুন্নামাপু সুঙাই মান্নাং-কাইনা পালনান্নক্লে হান্নতাপান্না । ৩.৫৬৪ ।

সানৌ মাচি মানাও আনিমাসুঙ থিঙলৌ নিঙন্না তেনা লাইচা তুঙেংলকএ । ৩.৫৬৫ । তুতেং মাতোল লোম্লাপাকী মোংপা মাসঙকাই সঙকাই মাকোনলোইতা ন্নাইথুংলানে হাইতা-পান্না । ৩.৫৬৬ । মাসানৌ * তাওখিংমাঙতা ন্নাহমখিএ, 'হে সানৌ চিঙখোঙ য়ান্নমাপা নঙপু চোন্ননৌ সানা কম্পাল তোংনা মান্নেম

---

* ( ১ ) খৃষ্টাব্দ ২৬৪-৩৬৪— 'চৈথারোল কুম্বাবা' । ( ২ ) খৃষ্টাব্দ ১৩৩-২৩৩—"অথম্বা কুম্বাবা অমসুং য়েঙখোম শাপ্নে লোন' ।

লৈপাক ঙাক্লোয়ো। ৩.৫৬৭। নাসাপি ঐতি সিমায়ী য়ূমংলেনতা খোইয়ম লাইপু নিঙমুয়াকে' হায়না য়াহম্পাপু মাসানৌ তাও-থিংমাঙনা পাওখুমথিএ, 'সাপি য়িপুংঙ্ নংকী কোনোয় নায়াথং অসিপু য়াথং কায়ি য়ানো ?। ৩.৫৬৮। নাসানৌ ঐপু লৌশিং মাপুঙ কাতায়িএ। ৩.৫৬৯। মায়েম লৈপাক ঙাকঙয়োই এ। ৩.৫৭০। সাপি য়িপুংঙ্ নঙকী নোংতম য়ায়েন লাকতায়িমাখৈপু মায়েম লৈপাক ঙাকপিয়মও' হায়না পুনেমথিএ। ৩.৫৭১। মাসাপি য়োই-মোংপানা মাসানৌকী খৌথামখোলপু হোয়াপিতানা কঃসানা মিংখৈয়েলপু লৈতোন পোৎথা নাইতানা সোলএ। ৩.৫৭২। য়িয়ুং নোংসোইয়য়াপাকী চিঙখৈ লৈনা হুয়কপা মুমিৎ পুঙকোই য়ুংপাকী মুমিতাং য়াচঙলকপাসুঙ মাতম লাক্লেন আহয়াকী থায়ায় মায়িয়েলপু মিয়েল ফুথোংথৌকী চৌঙ্ মাঙম তৌএ। ৩.৫৭৩। সিঙলেন লৈয়োং তায়কমাতাকী থায়ায় মী-মায়োন আতাঙপাপু তানকংলাপাকী কংলা নোংলৈয়াঙকী সানা মেয়াংচানতা হুনসিন-থিয়ে হায়তাপায়া। ৩.৫৭৪।

হে। নুয়াং পুনসিপা নঙপু য়ূনপী পুক্লিঙ পিনা না তা ও। ৩ ৫৭৫। মাঙাং নিংথৌ পুনসিপাকী কোনোয় মাপাওতাক

---

(৩) খুষ্টগী মমাং চহি ১২৮-৪৭ 'কেপে হায়েপ্পা ঙাঙোই লৈশেম্বা'। নিংথৌ তাওথিংমাঙবু মনাওনীপা য়োইহৈতোলগী মিংনা হায়পা 'য়োইহৈতোন তাওথিংমাঙ' হায়না ইবায়ু য়াওই।

আসিপু হে। য়িপুংগো লাইরেল মৈজেংগু পামহৈপা-ও। নায়ু মৈজেংগু সিংকী মাতিক পুম্নং আচৌ মৈকুম্পাপু লাইরেল নওবী 'নিংথৌরোল সৈরোনপা' তা লাইরিকসিংতা চলনা থম্নাপানে। ৩.৫৭৬। "নিংথৌরোল সৈরোনপা" তা হাম্নমতানা থাক্লি-পাসিংপু 'মাপ্রেম লৈসেম্লোল সৈরোনপা' অসিতা থাপা লিক্লেং খুনকুম্না থাচিকতা জেংথাৱকে। ৩.৫৭৭। লাইরেল মৈজেংগু থোংনাং মায়াং গুম্পা ও রুলপী পুক্লিঙ তুম্না না তাপিও। ৩.৫৭৮। হায়ি হায়া হে। ৩.৫৭৯।

[মতাং অসিদা "লৈসেম্লোল সাকোক" কী অহমস্বা শরুক লোইরে]

‘কেগে হায়েম্বা ভাওোই মৈশেম্বা’ অমস্তুং ‘নিংথৌয়োল্ল শৈয়েং (মহানবা শরুক)’ কি মতুংইনলা চাউয়াকপা চহি পাবগী মওং

১। লাংপা চকি কা ১ = চহি ১০০

২। কোলনা চকি কা ১ = চহি ১০।

লাংপা চক

খৃষ্টগী মমাং চহি




লাংগা চক
খৃষ্টনী মমাং চহি
৬৫৫০
৬০৫০
৫৫৫০
৫০৫০
৪৮৫৭ কঃসানা পাখংপা
৪৫৫০



লাংপা চক
খৃষ্টপূ মমাং চহি
৪৫৫০
৪০৫০
৩৫৫০
৩১০১ মৈতৈ কুম হৌবা
৩০৫০
২৫৫০


লাংপা চক
খৃষ্টগী মমাং চহি
২৫৫০
২০৫০
১৮৫৭ পোইরৈতোননা খুন্থোকপা হৌবা
১৫৫০
১৩৯৮ মোইরাং কম্পালচা কুম হৌবা
কোলনা চক
১০৫৭ কোলনা চক হৌবা
১০৫০
১০০০


লাংপা চক
খৃষ্টগী মমাং চহি
৪
১০০০
৪০
৯৫০
৩৫৫
৯০৭ কুমসিঙ রাচুমপা হৌবা
৯০০
তাওপিয়োইনাই
৩০৫।
৮৫০
কোনচিনতুখোকপা
২৫৫০
৮০০


কোলনা চক
খৃষ্টপী মমাং চহি
৮০০
৭৫০
৭০০
৬৫০
৬১০
লৈসংলেন
লৈতোংলেন
লৈতোংলেন লিলতাংশাংবা


কোলনা চক
খৃষ্টপী মমাং চহি
৬০০
৫৫০
কোনসৌরেন
৫০০
সেন্তরেং
৪৫০
৪০০


কোলনা চক
খুইগী মমাং চহি
৪০০
৩৫০
৩৪৬ নোংভা লাইরেল পাথংবা
৩০০
২৫০
২৪৬ খুইয়োইতোম্পোক
২০০

কোলনা চক

খৃষ্টগী মথাং চহি






লাইরিক ফংফম—

(১) ত্রাইও বুক ষ্টোরস, } লক্ষ্মী বাজার, ইম্ফাল
(২) বংলা বুক হাউস }

পাবিয়ু অফোওবগী লাইরিক—

| | | |
|---|---|---|
| (১) | ভেরোনাগী পূকচেল চাউবা অনি | লুপা ৭/- |
| (২) | মিকুপ লৌথোক লৌশিন | লুপা ৫/- |
| (৩) | কেগে হারেপ্পা ভাঙোই লৈশেম্বা | লুপা ১৫,২০/- |
| (৪) | ব্রহ্মজ্ঞান | লুপা ১২,১৮/- |
| (৫) | লৈসেম্লোল সাকোক (অহুমশুবা সরুক) | লুপা ৮/- |